# কেগে চায়না পুঙ্

( শায়ফম য়াইমুন্নবা )



অহৈবা— নিংঙোনবা মনিজাওবা

ফংকম থোক্লবা হকশিং :—
অইবা মপূগীনি ।

মণিপুর শিক্ষা বিভাগনা ইং ১৯৮০/৮১ গী খনগৎপা লাইরিক্কী মনুঙ চলহনবীদুনা লুপা ৪৫০ দং শেনগী মতেঙ পীবীদুনা ফোংদোকপা ঙমজরে। মসিগীদমক্তা শিক্ষা বিভাগপু হন্না হন্না থাগৎচরি।

নীংশিংজবা— "কেগে চায়না পূঙ্" কৌবা কবৈঙ্গ (লিলো) মচাসি অদোম্না শীজিন্নবীগে হায়বা লৈরবদি শীজন্নদ্রিবৈ মমাংদা অইবগী অযাবা অমতং হান্না লৌশোক্নীর।



অইবা—
মণিজাওবা
নিংথৌম থোংজাও, ইম্ফাল।

অহানবা থূৎনম :—ইং ১৯৮০-৮১
লাইরিক মশীং ১১০০

লাইরিক ফংফমশিং—
ইম্ফালগী স্টোরশিং অযান্বদা।

মমল লুপা ৮.৫০

লাইরিক নমম :--নর্মদা প্রেস ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

কুকৈ ( লিল্লা ) অসিগী শমলপ্পা, ৱাকমদি থুমনগা মোইরাংগা তাইনবা থুমনগী লমখৈনিসু হায়বা মোইরাংগী লমখৈ থোকপদা অচৌবা ঈখোং অমা চেল্লম্মী। হায়রিবা ঈখোং অসিদা থুমন হৈয়েল অথৌবনা মনীং তম্লা থুমনগী ঈখোংনি হায়না কনাবুসু উশীং থৌওই-ৱাওয়বা লৈতনা শোয়রেল ( শোয়ফম অচৌবা ) অমা ওইনা কোরৌ সুমিৎ থূদীংগী লৃথুম লৃকায়ি তৌই।

মসিদা মোইরাং নিংথৌনা তাবদা থোইদোক্লা য়াইবী মণূঙ হৌনা সুংঙাইখিদে। থাঙ্গে শেংনা লাল ওইনা থোকসি থোকঙমদ্রবুনা কেগে কংলা উত্রা শঙলাঙমৈদা নিংথৌ, অঙম-অথৌশিং, লৈপাক মীয়াম থৃায তিন্না ৱা তা-নবুনা মাবু চাযনা থোঙফেন হানবা ঙম্বা অথৌবা কনা কনা লৈবগে হাযনা লাউথোকপদা, খোইবা লাংমৈরেম্বা অথৌবনা মমৈদ-মমৈদা মথৌনা ফনা চোংথোরক্কৃনা থূমন হৈয়েল অথৌববু শোয়রেল লৃথুম লৃকায়ফমদা থাল্লে লৌপূঙ থোন, খোঙলাঙ তাখোক ওন্নবা, শন্নী মখৈ ফং, নামুং মপাল ফৃক্লা, চায়না খোঙফেন হাননা, মরোঙ চুঙফু তম্নরবদা, তিমেন তা অনীমা পান্নদ্রে, ঙম্নদ্রে হায়দৃনা অথৌবা অনীমা মদোম-মদোম মরাল-য়ায়রোমদা হন্নরকপবু, কেগে খোইবা লাংমৈরেম্বা অথৌবদি কেগে শাংবা ৱাই, মোইরাং ফৃবাললা যৌরল্লবদা মফম অদুদা ৱাংলেল ঙাইহাক অৱা পোথাখিরম্মী। মতম অদুদা মাগী তিমেন তান্না থূমন হৈয়েল অথৌববু পানখি হায়বা তাগী তাজীন য়েংলুবদা থঙ্লক্কৃনা তান্নরক্লগা মাবু হাৎখি। মফম অদুবু "খোইবা লাংমৈরেম্বা লূহলৱায, লোকলৌ হৈযেল তু, কোংচি চৈথাপাল-ও" হায়না লমদম অদুবু কোল্লোয-নবিবা অদৃগী ৱারী লৌথূন্নী।

কূকৈ অসিদা অইবগী ঙৎচনলীংলিবা অমনা লৈপাক অসিগী অথৌবশিংনা থাযনঙৌদা চংন-তৌনবম্লিবা তোপ্-তোপ্পা মথৌনা মবীং-জেন অমদি কবম্না তৌনরম্বা হাযবা অদুবুনি। মসি তশেংনা থোক খিবা অমা ওইনা "মোইরাং কংলৈবোল" অমদি "চাযনবোল" কৌবা মৈতৈ মযেক্তা ইবা লাইরিক অৱাবদসু শন্নপ-শন্নপ্পা য়াওবা শোয়দুনা থেংনবীবা ফংগনি।

কৃষ্ণে মচাসি ইকয়কপবা ঐগী লুংশিজরবা ইত্তোল নিংতোম্বা ইবোবীদা পাংবীবা য়াবা মতেঙ কয়াযুকনু পাংবীরকখি। মসিগীদমক্তা ইত্তোলগী মকমদা পুজিগী লমন অমা মচাদা ত্তোলসিল্লে; ঐনা ইত্তোলবু তৌবীরল থজবা উৎচরি। অমনা লাইরিকসিদা রাঁহ য়াত্তা অয়াল-অহুই, থক থা ওনথিবা অমদি চীংথ-মাহুহো বনচিংবা য়াওয়বশিংবু কনাওমনা তাকপিরক্লমখি হয়াঙ হয়াঙ লৌসনজমুনা অদোম্বু থাগৎচগনি। মতূঙগী অনীওবা খুংলমদা চুমথোকপা য়াম-মথৈনু চুমথোকচয়কে।

অইবা—

**মনিঙাওবা**

## নীপাগী শক্তম :—

১। নিংথৌ ( মোইরাং নিংথৌ )।

২। পূড়থোঙহনবা ( মোইরাংগী অঙম্বা অমা )

৩। খোইমা লাংমৈরেম্বা ( মোইরাংগী অথৌবা অমা )।

৪। নোংযায হৈয়েল অথৌবা ( থূমন্নগী অথৌবা অমা )।

## নীপীগী শক্তম :—

১। ভানবা শোরা নচাওসু ( থূমন হৈয়েল অথৌবগী নীপী )।

২। য়াংড়ু লাইচাউ চনু ( কেগে খোইবা লাংমৈরেম্বা অথৌবগী নীপী )।

# কেগে চায়না পুঙ

## ( শোরকম য়াইমুন্নবা )

অহানবা মতাঙ

১ শুবা উৎপা

## কংলা

( কেগে কংলা উত্রা শঙলাঙমৈদা মপূ মোইরাং নিংথৌনাময়ায় তাঙবন্দা ভাগ্নোইরি। কেগে ফম্নাইবা চোম্না ভিল্লি। মোইরাংগী অকন-অগৌ শুনা য়াওরি। )

নিংথৌ— লাকপা লাকপা ফম্নাইবা,
ওকচীন লাকপা তোলোংখোম্বা,
রাংচু চাম্বা তেলহৈবা,
ভাংভৌ লাকপা,
ভাংখম লাকপা,
সনা লৈখম থেংপা,
পোংচু লৈখম চিনবা,
লৈকায় লাকপা হুম্ফু ময়ী
কেগে ফমখোল চাত্রেং-হুম্ফুনা
অসি কৌবা নোং
কংলা উত্রা শঙলাঙমৈদা

---

কেগে = মোইরাং য়েক। তাঙবন — ফমফম, ফিদা। ভানথোইরি — ফমমি, লৈতেংলি। অসি = ঙসি। অসি কৌবা নোং = ঙসি নুমিৎ, ঙসি কৌবা নুমিৎ। কংলা উত্রা শঙলাঙমৈদা — কংলা য়ায়েন্ খোৗদা নোংদম শঙদা।

থমচেৎ হৈমায় চোন্ গুম্না
লৈপাক্ চোম্না তিল্লেদো।
অসি কয়াগীসু মথক্তা
কেগে তয়ুম্ ইদাইরেম্,
মোইরাং পাথৌ শক্নায়বা
খোক্লাঙ্ তারেল্ পান্চুম্বা,
থাঙ্লেল্ খূৎসু চৈহক্পা !
পাথৌ মশেন্ শয়েঙ্ থৈনা
পান্থোম্ চানরক্পা মতমদা
কনানা লাক্চ-খূদূম্ চন্ডুম্লোইদবা
য়াওবীরেদো ঙম্নসু অসিদি।
মতাঙ্সিদা নিংথৌ ঐগী
ইপাউ মেম্নিংলক্পবু লৈরিয়ে।
কেগে ঐগী ঈপাচা,

---

কেগে তয়ুম ইদাইরেম=মোইরাংগী ইনাই অচানবা। মোইরাং পাথৌ শকনায়বা=মোইরাং লৈপাক্কী অথোবা মশক মমিং (নাইবা) লৈবা। খোক্লাঙ্ তারেল পানচুম্বা=তাগী তাখোক্তা পায়রগা লংখিব (হুনখিবা) দা শোয়দবা। থাঙ্লেল্ খূৎসু চৈহকপা=থাঙ্দা য়াম্না থূঙ-হৈশিংলবা। শয়েঙ্ থৈনা পান্থোম চানরকপা মতমদা=শয়েঙ্গা শয়েঙ্গা পান্থোমগা পান্থোমগা পায়নচুনা লম্বা পানরকপা মতমদা। ইপাউ মেম্নিংলক্পবু লৈরিয়ে=ঐনা বা হায়নীংববু লৈরিয়ে। কেগে ঐগী ঈপাচা=মোইরাং ঐগী লৈরিবা ঈপা ঈচা শাগৈ নাতৈশিং।

শোরফম য়াইমুন্নবা

মোইরাং ঐগী ইদুরোইশিংনা
ঈয়াথংসিবু হোয্‌যাবীগনি নীংক্লেয়ে।

পূঙ্গোং— ঐবু লোইবা ঈনিংগৌ,
ননাইবু লোইবা লৈমাবা,
ঙাংঙোই লৈপাক্‌ মপূরেল্‌ • ও!
মপূ সনা নোংদম্‌খোল্‌বু
তাকপীগনিদো তয়ুম্‌ নদাইরেম্‌দা
চরৈ ফিগাওশানা য়াজরি।
অসি কৌবা নোংদি
নদাইরেম্‌ পূং্‌গোং্‌ হনবনা
ঈনিংগৌগী সনা মায়খোং্‌লকাদা
মীংযেং্‌ শাংখৈ তাজববু
মায়গোং্‌ শাংখৈ তাম্‌জদে।
কোরৌ্‌ম্‌ মসোং্‌ চাউ,
থবাগুম্‌ মঙাল্‌ নাইনা

---

ইদুবোইশিংনা=হোরক্লিবা ঈচা-ঈসশিংনা। ননাইবু লোইবা লৈমাবা=ননাই ঐবু যোকপীবা লৈপাক্কী মপী-মপা শরুবা মপূ। ঙাং-ঙোই=মোইবাং। নদাইরেম=ননাই তোল্লবা, নথা পোংবা ননাই। অসি=ঙসি। অসি কৌবা নোং=ঙসি নুমিৎ। মীংয়েঙ শানখৈ তাজববু=মীংনা (উজববু) য়েংজববু। কোরৌ নুমিৎ। কোরৌ-গুম মশোং্‌ চাউ, থবাগুম মঙাল নাইনা-নুমিৎ থাগুম মঙাল মশা চাউনা।

কংলা উত্রা শঙলাঙমৈদা
ঈনিংথৌ ঈবৃঙ্ঙোনা ঙাম্মোইবীবদা
খোযকম্ মোমোন্ নোক্,
চীনবান্ মোইকাই কাঙবীবনি।
করিনো অসি নোংদি
মাযথোঙ্ খেগুম্ লাংই,
কান্দা চায়রূঙ্ মযেং তাই।
মুংগী অৱা ৱানা
মপাল্ লাংদা ফাও,
সনা মায়থোঙ্ লকাবু
লৈচিল্ নোংফাই থাংনদি উজ্জ্বেদো!
মপূগী করিবু ৱাংলদৃনা
কেগে মোইরাং লৈপাকতা
করম্বা শাবাউ-লাল্বাউ লৈবনো?
অনান্-লা নান্‌ফোৱা;
খেম্ভেরা চাইরেল্-লা,
কবুইরা লুশাইরা,
খাকিরা খামংলা,
অৱা পাইখু পাইরংলা,

---

চীনবান মোইকাই-চীনবান্। অসি নোং-ঙসিগী নুমিৎ। মায়থোঙ খেগুম্ লাংই-মায়থোঙ্ খে মচুগুম্ মুশুক্ মুনা মকশীল্লি। কান্দা চায়রূঙ্ মযেং তাই-চায়রূঙ মযেং তাথৈ। কেগে-মোইরাং।

শা-লাল্ কয়ম্বা লাকপগে ?
শাগী শাখোঙ্ পীবিয়ু ;
লাল্গী লালখোঙ্ তাক্পীয়ু ?
শাগী শাখোঙ্ খঙ্জগে ,
লাল্গী লাল্খোঙ্ তাজগে ?
নদাইরেম্ এখোয় লৈজরি ;
শৈয়েঙ থৈনা পাম্বোম্ ঙা-নজগে।
ঈনিংথৌ সনা পূক্লীংদা
অবা হুইচোল্ লাংবীদনা
কোল্লোয় নশাউবু শেংবীয়ো।

নিংথৌ— ঈপূ পাউরোই হঞ্জবা,
কেগে এগী বাখৈবা,
মোইরাং এগী বাঙম্বাও !
অংম্বগী পোরম্ অমদা
অংম্বা মচীন্ মেন্ঙম্বা।
পায়মা নরোশিংনা ফম্নাইবা

নদাইরেম = ননাই তোল্লবা। শয়েঙ থৈনা -পাম্বোম ঙানজগে = শয়েঙগা শয়েঙগা থেংনা পাম্বোম্গা পাম্বোম্গা লম্বা পানজগে। অবা হক্চোল্ লাংবীদনা = বাবা লৈবীদনা, বাবীবা তৌদনা। কোল্লোয় নশাউ = নঙগী (বাঙাঙ-বাহৈ) বাহৈ-বাতা। বাখৈবা = বা লোইশনবা। বাঙম্বা = বায়েলবা ঙম্বা।

নপাংগন্না কেগে লৈপাক্কী
তাঙ্বল্লোই মাপন্ তানফংবা-ও!
শাদা পাউবু ওইরবা
নিংখৌনা করি য়াহৌনি?
লাল্দা পাউবু ওইরবা
ঐনা করি খানিক্নি?
কেগে লাল্বাউখোল্ থোকসি
নিংথৌ ঐদি থোকচম্দে।
মোইরাং লাল্বাউখোল্ ওইসি
নিংথৌ ঐসু ওইচম্দেদো।
ঈপূ পাউবোই হঞ্জবা!
ঐদি খৈনা য়াখেদ্রা।

পূঙ্থোঙ্— লীক্লাই চাংচোই পুরিংলাই
তাক্পীগনিদো তয়ুম্ নদাইঁদে মদা,

তাঙ্বল্লোই=থাঙপল্লোই, অকন অথৌশিংদা পীনবা শা ‹ াবা লাল ফাবগী মনা মথ্ম অথোইবনি হায়বদি লালশীং চন্মা ফাবা নত্রগা নিংথৌগী মথ্‌ায় কন্না শা ফাবা নত্রগা লাল্ তৌনবদা তপোপ-পগী নিংথৌবু ফাবদা নত্রা নিংগেগী মথ্যা কনবা অনিনচিবদা ওইরিবা অথৌবদা পীনবা মনা-মথ্মনি। অসিগুম্বা মক-মক ওইবা মথল্ মাপন্দা ফংথ্রবা মখোয়দা পীনবা মনা ফিবোলদি ফুরীং শাই-জোনবা, খূদাঙ্ য়াইচৌ খূবা, খূৎশি, নাশি, খোঙশি, উচে কশেক, নোইনিংথোই যেন্দু লাংমৈ, সনা লৈথম, সনা লীকলীকতো, লে. পমী য়াম্বে ইল্লি, কংনা চললে, কৈয়াং থোকলে।

## শোয়রুম য়াইম্নুম্নবা

পায়মা-মুংদা চরৈ থৃপ্চানবীগন্নু
উম্নু তোংজৈ ফান্বা-ব্রায়্ঃ
তোংজৈ মরীল্ তেংলগা
চীন্বান্ কাঙমৈ লাংবদি
প্রোক্প্রোক্ লাউনা খোন্নাইবা
হীদাক্ফৃগী য়াউব্রা মখোন্না
মপন্ পন্থোগী কাজাও
যম্লেল্ মনিল্ নাইবদা
মপান্নী মমোন্না হন্নাঙ-মুংঙাইজৈদো।
অহুঙ্গুম্না অসি নোং
মপূ মোইরাং নিংথৌগী
থম্মোয় মরীল্ তেংবীনা
য়াউব্রা নপাউখোল্ খোয়থৃম্নবা

---

ঐনা করি খানিকনি – ঐনা করিগী কিগনি। খৈনা থম থেংনা, যৌনা। তয়ুম – ননাই, ইনাই। পায়মা – ব্রাখল, লৌশিং, ঐগী থম্মোয। থৃপচানবীগন্নু – থৃপ্লীগন্নু। উম্নু তোংজৈ = হীদাকফৃগী তোংজৈ (ব্রা) ওযনবা অপীকপা নামিবা ব্রা মথল অমা। চীনবান্ কাংমৈ লাংবদি – হীদাক থক্কুনা মৈথূ ব্রা-ব্রা থোকহনবদি। মপন পন্থোগী কাজাও – মপাগী মাংগোল ফমলেল কা অচৌবা। যমলেল মনিল নাইবদা – ফমলেল মাংগোল মীতিনযম লাঙযমদা। অসি নোং ঙসি নুমিং খোন্থাংগী ইপোম তাললোইনা – থোরক্লিবা খোন্থাকা লোয়নননা। অসি নোং – ঙসি নুমিং।

খোম্থাংগী ইপোম তাললোইনা
কেল্লোয় নপাউ লাউবীরো,
তয়ুম নদাইরেম ঐখোয়না
হরাও মখোয় কাজগে।

নিংথৌ— ঈপূ পূংথোঙ হনবা,
মোইরাংগী পাউরোই হপ্পবা-ও!
কেগে মোইরাং লৈপাক্তা
খুজীন্দা তুম চঙলেদো,
খুযাদা তুম্বো যুরেদো।
হৈ হাস লাউংমদা
চৈনাদি মনিল নাইদনা
চীক চীক তোয়না লাউরক্লী।
কেগে কংলা পূঙজাও থীন
হুয়েল লালবাউ চেন্দুনা.
খূৎসু থাঙলেল নোংথাং-শা,
তারেল কাকূপ লোল্লদনা.
চঙলোঙ শাখপ্পবসু কদায়নো।
মদ মকসু খক থোকখিদ্রে।

খোম্থাংগী ইপোম তাললোইনা = থোরক্লিবা খোম্থোকা লোয়নননা। কেল্লোয় = মপাউ, মমিং মথা। তয়ুম = ননাই। কেগে = মোইরাং। নদাইরেম = ননাই তোল্লবা। হুয়েল = লাল। থাঙলেল নোংথাং-শা = থাঙশাঙ হাইবা। তারেল কাকূপ লোল্লদনা = তা খৌশাদুনা।

(নিংথৌ)— ইদাইরেম্ নখোয়বু খঙত্রিবরা ?
কেগে ঐগী ঈরমখে,
মোইরাং ঐগী ঈরম্দম্দা
নোংয়ায় লৈয়েল্ অথৌবা !
থূমন্ নাপন্ চাউবনা
কোরৌ নোং কাংদা,
থবী নোং লেগুনা
লেমলৈ ঙারম্ শেম্
শোয়রেল্ শোয়-লু লুথুন্নিবসে
কেগে ঐখোয়বু তাংশক্তবনি;
মোঈরাং ঐখোয়বু মীথাদবনি।
য়াফম্ অসিগী দমক্তবু
পায়মা ভিল্লাং থোক্ঙমদনা
নিংথৌগী চরম্ কংইলো!

---

চুঙলোঙ শাথপ্পবা=তা থৌশাবদা ওয় থূংবা থূংনা ময়ায়দা চেংন্যা পায়দ্না হকচাংগী ওয়রোম থংবা নাকন্দা উচেক্লা মশা থগ্নগুম্মা থপ-তুনা হকচাং কম্ননবা শউন্না শাবা ময়ুঙ শাংবা থূংলায় অমা। ইদাই-রেম=ইনাই অচানবা। কেগে-মোইরাং। নোংয়ায়=থূমন য়েক শল্লাইদা পোকপা নীপা। কোরৌ নোং কাংদনা-নোংমতা তোক্তনা লেগুনা। থবী-মুমিৎ। থবী নোং লেগুনা-নোংমা মুমিৎ অমতা লেগুনা। লেমলৈ ঙারম শেম-ঙানা অকা-অকৃম চৎনবা মরম শেম। শোয়রেল=ঙা ফাকম শোয়কম অচৌবা। তাংশক্তবনি=কিদবনি। মীথাদবনি-উগীৎতবনি। পায়মা ভিল্লাং থোকঙমদে-য়াথল (থোকপা) লাম্বা ঙমদে।

(নিংথৌ)— কোরৌ নোংজা অমতা
ভূমী ভূম্কম্ খঙ্দেদো ;
তারা খূৎপুন্ হূক্পস্ঙ্
তারা হাউকম্ খঙ্দেদো ;
লাইমা খোয়চেং মুংচেংয়ে।

পূঙ্খোঙ্— চুম্মিদা ভাংভোই মপূরেল,
তম্বুম্ নদাইরেম্ ঐহাক্সু
বাগী বাফোঙ্ ভম্দনা
চীন্বু হেন্বা থোকদ্রা-খন্,
বারেম্ লীরৌ শাগদ্রা-নীং,
পায়মা মুংবংননা লৈজরম্মিদো।
বাথল্ কিশি থোক্ভম্দনা
খাঙ্জরক্লিবনি কোরৌ মুংশাংনা।
অসি কৌবা নোংসিদা
মপূগী পাউবু বাফোঙ্বীরক্পদি

---

কোরৌ নোংজা অমতা = নোংমা মুমিৎ অমতা। তারা খূৎপুন হুকপস্ঙ—চাক খূৎনা (পায়ত্নুনা) হুকপস্। লাইমা খোয়চেং মুংচেংয়ে = ওস্থোক্লা খোযদৌ তাবা লৈতে, ওস্থোক্লা পূক্লাং তাবা লৈতে, বাথল পোখাকম খঙদে। ভাংভোই = মোইরাং। তম্বুম নদাইরেম = ননাই তৌল্লবা। চীনবু হেনবা = চীঙ্গীবু, ওইদবা বাফম্বু মতাঙবু। বারেম লীরৌ শাগদ্রা = কানদনা অরেম্বদা বারেৎনদুনা থোকদ্রা। পায়মা মুংবংননা = বাথল ফুম্বংনন্না। কোরৌ মুংশাংনা = মতম শাংনা। অসি = হসি।

(পূঙ্ খোঙ্)— পুক্নীং লীতিন্ মান্নজরে,
ন্বাখল্ পরীং পাংশোয়নদ্রেদো।
লীক্লায় ভাংডোই মপূরেন্না
তয়ুম্ নদাইরেম্ ঐভোন্দা
মপূনা কাঙবীবা পোবু
পোরম্ শীন জো তাক্পীত্রা,
নয়াথং নোংদম্বীগনিদো ঈনিংথৌ।

নিংথৌ— ঈপূ পাউরোই হন্নবা।
নরৌশিং লৈবা নহাক্নীদো।
পায়মা তিল্লাং থয়োৎ থয়োৎনা
পোরম্ হাইদোল্ ফাৎলো,
য়েংলসিদনা তয়ুম, অঙম্বা?
নিংথৌ ঐহাকস্থ তাবরা?
নীংডায়দনা লৈথোক্লোই থক্,
খোন্নায়দনা তৃমীন্না ফম্লোয়যে।

---

ন্বাখল পরীং পাংশোয়নদ্রেদো—খল্লম্বা ন্বাখলগা মপা শোয়নদ্রেদো। তয়ুম নদাইরেম-ননাই তোল্লবা। মপূনা কাঙবা পোবু-ঈনিংথোনা শীবীবা মরম্। পায়মা তিল্লাং থয়োৎ-থয়োৎনা—তিন য়োংথ-য়াৎথনা ন্বাখল তোড়না। পোরম হাইদোল ফাৎলো—মরম (থৌরম) শীললো। চীন্নায়দনা লৈথোকলোই=বা অমতা ভাঙদমা তৃমীন্না থক তোকলোই। খোন্নাইদনা তৃমীন্না ফমলোয়য়ে—ন্বাঙাঙদনা তৃমীন্না লৈথোকলোই।

(নিংথৌ)— রাগী রাপা লাক্পদা
রাখল্ হংচিং শৎনা
তেং বাংগে অঙগ্বা নহাকী।

পূং থোঙ্- লীক্লায় ঙাংঙোই মপূরেম্না
রাগী রারেপ্ রাখৈবীখে্দনা—
'থাঙলেল্ মনিল্ নাইফরোই,
তারেল্ খোইরেল্ শাফরোই;
সমনা শাফোঙফরোই লালফোঙ্ফরোই,
গেক্ মেক্ লাউহন্দা
খারংনা লাক্পা চেক্লাগুম্
থূমন্ মীনূখাঙ্ মাবু
নোইহৎপা তাইদো খগুরি।
মোইরাং ঐগী ঈপাচা,
পাথৌ ইদুরোই কনানা
থূবাক্ তিল্লাই মেন্।

---

রাখল হংচি শৎনা=রাখলগী পোরম পুথোক্লা। থাঙলেল মনিল নাইফরোই=রা-রা লাউদুনা থাঙগী লাল থোকহনফরোই। তারেল খোইরেল শাফরোই=তাগী লাল রা-রা লাউহনফরোই। থূমন মী-নূখাঙ মাবু=থূমন মী ফত্তবা, মীগী খোয়দো শীক্লা তৌবা মহাকপু। মোইরাং ঐগী ঈপাচা=মোইরাং ঐগী শাগৈ-নাতৈ ঈপা-ঈচা। পাথৌ ইদুরোই কনানা=অথৌবা নহারোল কনা কনানা। থূবাক তিল্লাই-মেন=থূবাক্তা তিন থাক্লা।

(পুং খোং)— খোক্লাঙ্ মাবু পম্শীংনা
তিমেন্ খাঙ্তপ্ লাক্,
চাক্লা খোঙ্কেন্ হা-নবগা
তনবা মচী হেন্দ্না
লাবা মরায় লাংলিবা
খুমন মীনখাং মহাক্পু
লৄবক্ কাঙ্দৈ খি,
খোঁনাউ লেলখোং লেল্নীঙ্গার,
ওইরোইদ্রবে মাঙ্গোই মপুরেল্ !

নিংথো— ঈপূ পাউরোই হঙ্গবা !
ঈকুৎ পরীং তাররে।
অংঙ্কী চীঙ্গাঙ তোৱৈদগী
বাখল পোমীৎ কাঙ্না
ঈৱাওখোল্ খোলনাই চুমহন্ন্;
মখা তারেদো অঙ্গা।

---

খোক্লাঙ পমশীংননা - তাখোক্লা খুৎনা শীৎ শীৎ নাম্না শীত্তুনা। তিমেন খাঙ্তপ্ লাক্লা - তাগী তাখোক মখাহেদা চেৎনা পাল্লদ্না। তনবা মচী হেন, লাবা মরায় লাংলিবা—ঐ মঙায়ৱে হায়না ( মঙ্গায় কানা ) নাপন চাউখ্রিবা। লৄবক কাঙদৈ খি—লুশমদা খাঙকক্কন খি। খোঁনাউ লেলখোং লেম্না—মংক ককনা। চীঙ্গাঙ তোৱৈদগী—মচান্দগী, মাগী ৱাহৈদগী।

পুঙ্খোঙ্— তাবীরেদো অসি নোং
কেগে লাক্পা ক্নাইবশিং
মোইরাং কম্খোল্ চাত্রেৎ-হুম্ফ্,
খোঁগল্ লাংগল্ লৈরিবা,
শান্বা মতীক্ লৈরবা,
অথৌ লীচা হেপ্পা,
থয়াঙ্ কোন্দাই লোন্বশিং-ও!
ঈনিংথৌগী মপাউ তাবীরি—
'কেগে ঐগী ঈপারম্,
মোইরাং ঐগী ঈরম খৈদা
য়োংচৈ কারন্ কান্না
তোগে হায়রবা মতাণ্ডম্
খূমন্ 'চা লম্হেন্বা
নোংয়ায় মীন্থাঙ্ অমনা
লেমলৈ অক্ম্ শোয়্,

অসিনোং =ঙসি মুমিং। কেগে মোইরাং। খোঁগল লাংগল লৈরিবা = খোঁগল তৌদুনা লৈনরিবা। শান্বা = পাংগল, মতীক মথৌম। অথৌ লীচা হেপ্পা = অথৌবা লিংজেল (ফবা) হুকপা। থয়াঙ কোন্দ্রাই লোনব-শিং-ও। য়োংচৈ কারন লান্না = খ্‌রায়না চৎনবী (রাংম, নাম্না) য়াওদনা। খূমনচা = খূমন মচা। নোংয়ায় মীন্থাঙ অমনা = খূমন মী ফত্তবা অমনা, মীগী মথোয়দো শীক্না তেঁবা খূমনগী ফত্তবা অমনা। লেমলৈ অক্ম শোয়—ডা ক্মলকপদা ল্ থুম্ফম শোয়।

(পুঙ্খোঙ্)— য়ান্চেং অকা শোয়বু
লৃথুম্ লাং থাক্লরেদো।'
অদোল্ মাগী লম্মৃরুবদা
করম্বা লৈপাক্ য়াওইনা
হুয়েল্ লাল্জং খিংশিবনো!
অসিনা—
নোংয়ায়্ মীনৃখাঙ্ মাগা
খূবাক্ তিল্লাই মেন,
তিমেন্ খাঙ্তপ্ লাক্ৰা
য়াম্চেং পুন্সি পোম্থ-নবা
চায়না খোঙ্চেন্ হা-নরবগা।
মাবু লৃরক্ কাঙ্দৈ-খি,
খোনাউ লেল্খোঙ্ লেল,
তম্বা মতীক্ হেন্নরুগদবা
চোংথোরক্লোদন্না কনা কনাবো
মপূ সনা মাঙ্সিদ্রা?

য়ানচেং অকা শোযবু ঙা কারকপদা লৃথুম্ফম শোযবু। অদোল—থূমন ফেক্কী মীপা। লম্মৃরুবদা-লম্মী অচৃম অরাল্ল চং ফম খঙদবদা। হুয়েল—লাল; নোংয়ায় মীনৃখাঙ মাগা—থূমনগী মী ফত্তবা মাগা। খূবাক তিল্লাইমেন-খূবাক্তা তিন থাক্লা। তিমেন খাঙতপ্ লাকনা—তাগী মথ্ৱাঙ মখোক্তা চেংনা পায়না। য়ামচেং—পুন্সি, লৈপাক লৈকৃপ।

(পূং পোং)— চোংখোরক্লো লাউ বন্যানো
কেগে ইদুরোই অথৌব-শা ?
হন্দক্ মপোক্ লাংওন্সিদা
মিংচং উরোং খিললো-লাউ।
মাংলম্ চংকী পথাঙ্কোক্,
তুংলম্ চংকী পুথাঙ্কোক্পু
মঙ্ক্রেঙ্ ফিরাল্ থেংলো-লাউ।
পাখৌ কোয়োয়্ নমিংথোলবু
হযেং পোইরৈ চাদোল্,
বাঙম্ সূদোল্ নিল্লগানিয়ে।
মালেম্ মানা লৈরিঙৈ,
মুমিং খানা পালি-মথৈদি
শিদবা মপাল্ থাহোরনি;

চায়না খোঙফেন হানরবগা-মী অনী লাল শীংনদুনা তেন নত্রগা থাঙনচিংবা খুৎশু খুৎলায় পায়নদুনা লাল শোক্লরগা। লুরক কাঙদৈ থি-লুশমদা থাঙকক্ফম অচুম্বা থি। খৌনাউ লেলখোঙলেল =খৌগী চংমদা থাংনো ককনা। তনবা মতীক খোক্লক্লগদবা=নীপা খোক্লা খোঙক্লগদবা। কেগে ইদুরোই অথৌব-শা=মোইরাংগী নহারোল অগোবখোয়। হন্দক মপোক লাংওনসিদা=হন্দক পোক্লরিবা মপোক-সিদা। মিংচং উরোং খিললো-লাউ=লেঙদ-মথৎলরোইদবা মিংচং থমহো-লাউ। মাংলম চংকী পথাঙকোক···পুথাংকোক···থেংলো-লাউ= শায়নবৈদেগী হৌনা ঈপানা ঈপূনা হায়নরক্লবা মথৎহোররোইদবা লেঙদবা মিংচং হায়রদু নখোয়মু থমহো-লাউ।

(পূঙ্খোঙ্)— লেঙদবা উয়োং লৈহৌরনিদো
অসি নঙ্গী নতীক্‌ নুয়ায়সিনা।
লাউ চোংথোরক্লো থোরক্লো ;
হুমদং তকশী মনিল-নাইন্না।

( অস্সা লাউথোরকপা মতাঙ্ অসিদা ৱাংলেল্ ঙাইহাক্তি তিল্লিবা লৈপাক মীযামশিং তৃমীন তৃমীন্না লৈনখিরম্মী। মতাঙ্ অদূদা ৱা মখা তানা )

(পূঙ্খোঙ্)— কদায়্ কদায়্ অসিদি
অকন্বা মনিল্ থোরক্কে্না;
অথৌবা পাম্বোম্ তিংনরক্কে্
করমনো তৌরি মতৌসিদি !
কেগে কংলা মেনবুংদা
ফমদেঙ্লিবা অথৌ শক্লায়বশিং,
তিল্লিবা লৈপাক্ মচাশা !
করি মতৌনিনা তৌরিবসে
অস্সা ওইরবরা মোইরাংবো ?

পাথৌ কোল্লোয় নমিংথোনবু—অথৌবা নংগী মিংচৎপু। হয়েং পোইরৈ চাদোল ৱাঙম স্দোল নিল্লগনি—হয়েং তুংদা হৌরক্লিবা ঈচা ঈস্ স্দোলশিংনা শোন্নহৌরগনি হায়নহৌরগনি। হুমদং তকশী মনিল নাইনা—লাকচৈদকো তকশী সোন্দুনা। অসিদি—ঙসি মুমিৎতি। অকনবা মনিল থোরক্কে্না—অকন ঙথৌ বনা অমত্তা মেক মাক লাউখিদরে, তৃমীন্-তৃমীন লৈনখ্রেন্না। কেগে কংলা মেনবুংদা—মোইরাংগী কংলা ৱায়েল শঙদা।

(পূড্ থোঙ্)— ঈীঃ

ফনবু ঈকায়না শরীশো !
কেগে কোন্দাই লোনবশিংনা
পায়মা লিন্দাউনখ্রবা-কো !
অদু ওইরদি হন্মু মাল্হৌনরবা
য়াঙ্লেল্ লাইকা ছয়দ্রি শারবগু
কেগে ঐগী দমক্নে,
মোইরাং ঐগী দমক্নে :
তনবা ঈতীক্ থোকনা
ঐনা করি চোংথোক্লোইদবনো ?
অদ্বু অথোবা নখোয়দি
করম্না হেকমায় কাঙম্বনো ?
অসিগীদমক্কদি ঐনা ব্লাহৌযে।

থোইবা— কেগে নিংথৌ পুরিংলাই,
ঙাংঙোই লৈপাক্ মপূরেল-ও !
মপূ সনা খূয়া-খাদা
নদাইরেম্ থোইবা লাংমৈরেম্বন।

---

কেগে কোন্দাই লোনবশিং=মোইরাংগী নতীক্ নথোম্না লৈরবশিং। পায়মা লিন্দাউনখ্রবা কো=মরীল মথোনা ঈতাউ তাউখ্রবা, লৈখিদ্রবা কো। করম্না হেকমায় কাঙম্বনো=মথোয় কানা হয়াও লুংঙাইনরিবনো। হন্মু মালহৌনরবা=হংগুরবা, অহন ওইরবা। য়াঙলেল লাইকা ছয়দ্রি শারবা -য়াঙলেল শরু লূজাওসে লশিং কাপ্লবা ছয়দ্রি (লীক্লঙ) গুম কোল্লন : নম পোল্লবা। কেগে=মোইরাং। ব্লাহৌয়ে-ব্লারৌয়ে। তনবা=নীপা।

(খোইবা)— খূৎফাং চাংজৌ তন্না,
ইদু কাইদা লিশীংনা
ঈয়া নাপী চীক্না
হন্না হন্না পুনেম্জরি;
য়োল্লবা কাদা ভাক্পীগনি
লাল্লবা কাদা কন্বীগনিদো।
অসি কৌবা নোংসিদা
ঈপূ পাউরোই হঙ্কনা
ঈনিংথৌগী নয়াথংবু পাউশা-ননা
কেগে কংলাগী মেন্বুংদা
লাউথোক্পীরক্পবু নদাইরেম্না নাতাজররক্লে।
কোরৌ অসি তিল্লিবা
পাথৌ হেক্মায়্ কাবশিং,
খেরে তাজীন ম্কঙস্বা,

---

ভাংভোই লৈপাক মপূরেন-ও—মোইরাং লৈপাকী মপূ ওইরিবা (মপী মপা শক্লবা) নিংথৌ-ও। নদাইরেম—ননাই তোল্লবা। খূৎফাং চাংজৌ তরা—খূবাক খূৎচা তন্না। ইদু কাইদা লিশীংনা—ইতু তুবুম লিশীং কয়াবা খূজীং ওইনা। ঈয়া নাপী চীক্লা···পুনেমজরি—নাপীগুম তোল্ল-বনা পূক্নীং থবায় হকচাং অমতা ওইনা পূন্না খুরুমজরি। য়োল্লবা—লাল্লবা, শোয়রবা। পাউশাননা—ৱারী ৱাতায় শা ননা। নদাইরেম—ননাই তোল্লবা। নাতাজররক্লে—নাদা তাজররক্লে। কোরৌ অসি তিল্লিবা—ৎসি সুমিৎতা পূল্লীবা তিল্লিবা। পাথৌ হেকমায় কাবশিং—হরাও মথোল্ল কানখিবা অকন-অথৌশিং।

(খোইবা)— থাঙ্লেল্ নোংথাং শাবশিং
য়েরুমগুম্ চীন্নায়দ্রিবা অসিদি
নোংয়ায় ঈপাচা অদুবু
থোইনা কিহৌরুবা নত্তেকো।
নদাইরেম্ খোইবা লাংমৈরেম্ববু
নীপাচা ঈথৌদাঙ্ য়েংজরুনিংঙাই
পূঙক্রম্ খেনফম্ পীবনি লৌজরিদো।
নদাইরেম্ লাংমৈরেম্বা এনস্পূঙ্
তঙায় ফত্রবা ঈথৌদাংসিদা
ঈথৌদাং পুঙম্বা ওইদুনা
নোংয়ায় খূমন্চা মাগা
শয়েঙ্ থৈনা পাম্বোম্ ঙাননা
চায়না খোঙ্ফেন্নজরুগে ঈনিংথৌ।

---

খেরে তাজীন মপুকঙম্বা=তা চায়নবা (লাম্হৈংনবা) ঙম্বা। থাঙলেল নোংথাং শাবশিং=নোংথাং কুপ্পগুম থাঙদা হৈবশিং। য়েরুমগুম চীন্নায়দ্রিবা অসিদি=হোয় মাই অমতা ঙাঙনদ্রিবা অসিদি। নোংয়ায় ঈপা চা=খূমন মচা। নদাইরেম=ননাই তোল্লবা। পূঙযম খেনফম পীনবীবনি লৌজরি=মতাং মতম চানা পীবীবনি লৌজরি। শৈয়েঙ থৈনা পাম্বোম ঙাননা শয়েঙগা শয়েঙগা পাম্বোমগা পাম্বোমগা পাননা। চায়না খোঙফেন্নজরুগে = লাম্হৈংনজরুগে; য়েক্লবা মী অনী চপূঙ তা পায়নদুনা পায়নরিবা তা অদুনা লংনদুনা খূং চুম্বা তানদুনা লাল শোক্লবা অমা নত্রগা হেন কাপ্পদুনা খূৎ চুহ্না তানবা অদুগা অঙম্বা মীদুনা চঙশিললক্কনা মী অমদুগী মঙক কক্কনা হাৎপা।

( লৈপাক মীয়ামগী হয়াও মীনোকখোলনা "য়াইফয়ে" লাউরকপা, মীয়ামগী মীনোক্ খোঞ্জেন্না মতোল হুইথরক্পদা নিংথৌনা তপ্পা তপ্পা মপাউ মেল্লক্পা )

নিংথৌ—

খৈনা পেল্লীদকো ইদাইরেম্!
অসি নঙ্গী নপাউসে
নিংথৌ এনা তাবদি
কেগে এগী ঈরৈপাক্
মোইরাং এগী ঈরমদম্
উমিৎনা তোংদা হুন্‌গুম্‌য়ে।
মোইরাং অকন্‌বা বাস্তেদো,
কেগে অথৌবা লৈরিদো,
নিংথৌগী পা[illegible]মা বাথল্‌সে
লুম্‌নিংঙাই ওইঙ্গেদো ইদাইরেম্।
অসি নোংদি তাবরা
তম্ন্যুম্ নঙ্‌বু পাংগন্‌বা?
কেগে পোক্‌পা সোরারেল্
মোইরাং লাংবুম্ অরীবা

---

খৈন্না - থেংনা, লোইনা, অয়ৌবী। ঈদাইরেম=ইনাই অচানবা। অসি=ঙসি। কেগে=মোইরাং য়েক। ঈরমদম=এগী ঈরম। উমিৎনা তোংদা হুনগুময়ে=তোমথিন থোকপা উমিৎকুম ওইয়ে। কেগে পোকপা সোরারেল=মোইরাং শল্লাই পোকপা থংচীঙ (থাংজিং) লাই। মোইরাং লাংবুম অরীবা=মোইরাং য়েক শল্লাইগী হৌরক-শাৎলককম ওইরিবা অপোকপা লাই।

(নিংথৌ)— চীঙ্ঙূ থংচীঙ্ লাই-মরু !
খোইয়ুম্ মানা লল্কুবীরসমু ।
অতুগীসু মথক্তা ইদাইরেম্ !
নিংথৌ এৗনা য়াইক পূকমেল্লবনে—
'হয়েং কৌবা নোং,
চীঙ্নুঙ্ কৌবা শোয়,
চীঙ্লেল্ নোংগা ডাল্লবদা
নোংয়ায় হৈয়েল্ মীনূখাঙ্‌দুগা
য়াউবা চীল্লোক্ চীনফেন্নবদা
চীন্ফেন্গী মতীক্ হেঞ্জোদো;
মুক্মু লৈয়েং ফাইমুদো ।
তিমেন্গী তা চায়্নবসূঙ্
ফেল্লবা তা অদূনা
মীফত্তবা তন্বা মাগী
থবাক্ মতা তম্
থম্মোয় লাইয়ুম্ লেংফাৎনা
য়াইবী মথ্বায় লোৎম্বা
লেপ্পা মহৈ তান্ফংজো-ও ।"

(মীয়াম্না য়াইফরে হন্না হন্না লাউবা)

খোইয়ুম মানা ললকুবীরসমু=ন্যোংদম্বনা থৌজাল নোংদম্বীবা ওইরসমু । হয়েং কৌবা নোং=হয়েংগী মুমিৎ । নোংয়ায়=থুমন য়েক । য়াউবা চীল্লোক চীন্ফেন্নবদা=য়া য়েৎনরক্ত্না বা ডাংনেরবপদা । চীন-ফেন্গী মতীক হেঞ্জোদো=চীন্‌কেন ফনা ঙমজোও । মুকমু লৈয়েং ফাই-মুদো=নরৈ লৈয়েঙ-লৈতোল ফাইবা (থূককৎপা) তৌদুদো । ফেল্লবা = হুল্লবা, লংলবা নত্রগা থৈদোক্লবা । য়াইবী=থবায় ।

# অনীশুবা মতাঙ

## ২শুবা উৎপা

### শোয়ফম্‌দা থেংনবা

মতম—( অয়ুক্‌ নোং ডাল্লকপা, শোয়্‌-লু পম্নাপ্লগী লাইঙ্গ ঈরাওখোন্না বা-বা লাউনা তত্তনা বাতারি। অশাও খাম্বী মৈহৌনা নিংশা ফ্‌য়না ফ্‌য়না হোন্দুনা কেগে খোইবা লাংমৈরেম্বা অথৌবনা মীৎয়েঙ্‌ খানা য়েং, শোয়ফমদা চঙশীল্লক্লী। মতম্‌ অদ্‌দা খূমন হৈয়েল্‌ অথৌবনা শোয়্‌-লু শত্তুনা লেমলৈ ডায়াম্‌ চঙলম্বগী হয়াও তয়াম্না নোকলী।)

হৈয়েল—　　　হা—হা—হা! ( নোক্‌পা )

অসি কোয়ো নোংসিদি
খূমন্‌ পোকপা লাইনা
থৌজাল্‌ লেপ্নদি কুবীরেদো।
শোয়্‌-লু ঈচীন্‌ অসিদা
লেম্‌লৈ ডায়াম্‌ পীনরে।
মোমন্‌ু তাল্লোয়্‌ ঈরুম্বী
ঈশানৌ ঈনেম্‌ মচানা
তিল্লাং খোয়জঙ্‌ খোয়্‌দাজরগনি।

মোমনু তাল্লোয় ঈরুম্বী=এগী অফ-ফবা হীরম কয়ামুক্তা বা তানফম ওইদুনা লোয়নরিবী ন্‌পী। ঈশানৌ ঈনেম মচা—ঈনেম পোল্লা পোকপী মচা ন্‌পী।

ন্‌ৱা হেক্‌মায্‌ কানা
খোযকম্‌ মোমোন্‌ নোক্‌,
লেম্‌লৈ ভায়াম্‌সি লৌসঙ্গৱনি;
যৌরগে ঈৱাল্‌ য়ায়্‌দা ওন্দেৱগে।

( চংলগে থোৱাঙ্‌ তৌৱক্‌পা মতম অসিদা কেগে খোইবা লাংমৈরেম্বা অথোবনা মীৎয়েঙ্‌ থানা যেং, অশাও খাম্বী মৈহোনা লাউৱকপা )

খোইবা - অমুক্তা ভাইখো, পন্‌খো,
থূমন্‌ তন্‌বা মীন্‌খাঙ্‌,
কোৱৌ শীংবৃম্‌ কয়াসিদা
কেগে ঐগী ঈপারম্‌
মোইৱাং ঈপূ খোংদা
নোংযায় নাপ্পা শোয়নে।
কেগে লোক্‌থি ঈতূখোং
শোয়্‌লৃ নঙ্‌গী নাপ্পক্‌পা
নমু চাক্‌তা নৱকপা

---

ন্‌ৱা-ন্‌পী। হেকমায কানা=মথোয় কানা হৱাও মুংভাইনা। খোযকম মোমোন তৌনা=নোকফেৎ তৌনা। ঈৱাল-য়ায়দা ওন্দেৱগে= য়ুমদা হল্লগে। থূমন তনবা মীনূখাঙ-থূমন নীপা মী ফত্তবা মীনূখাঙ। কোৱৌ শীংবৃম কযাশিদা-মুমিৎ কয়ানিমুক্‌শিদা। ঈপারম্‌=ঈপাগী লম। শোয-লৃ নঙগী নাপ্পকপা=নঙ্‌না পন নাপ্পনা লৃথুম্ফম শোয় ওইবিবা। নমু=মী, তাইবঙ। নমু চাক্তানৱকপা=নঙনা লৃথুমদুনা ভা চানৱকপা।

(খোইবা)— ভৌম্নু ঐনা থৌথাম্বা
করিগীদি থক্ নাচুদে।
পাথৌ শামান্‌-লেংমাম্নবা মশেম্নী,
তিল্লাং অস্ন্না থয়োংনা
নঙ্গী থক্‌শী কান্নন্‌বা
ঐনা য়েংদুনা লাক্‌পনি।
থূমন্ মচা লম্‌কেংপা,
নোংয়ায়্ মচা লমহেনবা;
হৈ—নোংয়ায়্ নঙবুনে!
নপুন্সি পোন্থা ওইনিংব্রা,
করিগী অতুক কিহোদে?
ঐগী য়াউব্বা তারগা
য়াইবী ননূঙ্ হো,
অশাও মখৈ ফং,
য়ারেল খোংখৈ চীক্,
শয়েঙ্ পাম্বোম্ তিং,

কেগে…খোংদা = মোইরাং ইপা ঈপূগী লমখৈদা লৈবা খোংদা। নাচুংদে = করিস্নু কিদে, থৌওই বাওয়দে। নঙগী থকশী কান্ননবা = নহাক্কী থক খা ওন্নবা লমচৎ। লমকেংপা = লমহেনবা, মঙক কনবা। মপূন্সি পোন্থা ওইনিংব্রা = নপুন্সি থাদোক্লীংভ্রা, শিনিংব্রা, নথ্‌ায় মাঙ-ন্নীংব্রা। য়াউব্বা = বাহৈ। য়াইবী নুনুঙ হো = নথ্‌ায় থোক্লা শাউ। অশাও মখৈ ফং = শাউবদা য়ো। য়ারেল খোংখৈ চীক = নয়া ক্রক ক্রক চীক। শয়েঙ পাম্বোম তিং = নীপা থোক্লা লেপ;

(খোইবা)— তক্লৌ শীদঙ্ শোন্,
ফৈরা তান্বু ফ্,
ওক্লেল্গুম্ কচক্ হৌ,
থিংলৌ নথি নাইনা
কৈদৌজনি য়াহৌরা হৈ ?

হৈয়েল- পাথৌ করি য়াউরানো ?
অসি কৌবা নোংদা
কনজাও মৈরা থোক্,
তিল্লাং নখোয় শাউ,
তন্বা নখা চীক,
নমীৎ অনী ঈঙাঙ চু,
য়াউবা কনজাও হুন্না
করিগী অদুক্ থোযঙ্ৎনবনো ?
শোয়্-ল্ শোয়্কম্ অসিদি
নোংয়ায়্ ঈপা শোয়নে,
অদোল্ ঈপু খোংনে ।

তকলৌ শীদঙ শোন - তকশী শোন। ফৈরা তানবু ফ্ = নফে-বাক্তা কৈদৌজনি মতাগুম উশীৎতনা তাক তাক ফ্। পাথৌ = মরূপ, শমায়বা লেংমায়বা। অসি কৌবা নোংদা = হনি নুমিত্তা। তনবা নখা চীক = উশীৎ থৌওইদনা নখা চীক। ওকলেলগুম কচক্ হৌ = ওক লাবা তোমচংকুম্না মৃচিং নাইনা। থিংলৌ নথি নাইনা = য়াগ্না শাউনা। নমীৎ অনী ঈঙাঙ-চু = নুমীৎ অনী ঈ কানা। য়াউবা কনজাও হুন্না - বাজাও ভাঙনা।

( হৈয়েল )— চহী কুম্লাং-কুম্ হৈ কয়াদগী
শোয়-ল্ পল্লাপ্ ঙাথীদ্বা
নোংয়ায়্ পূক্চাক্ তাল্লক্পসি
কনাদা লৌরঙ্-শীংখোঙ্ শায়ক্লেনা।
অসি কৌবা নোংসিদা
পাখৌ খোইবা লাংমৈরেম্বা!
মঙ্তনা লৌরঙ্-শীংখোঙ্ ওইরক্লী।
পাখৌ নঃবু তৌগনু,
পায়মা রাখল্ তে,
নাইনু কিশি থম্দনা
নোংয়ায়্ ঐগী ঈরুম্লাং,
অদোল ঐগী ইকাদা
শোয়ফম্ অসে পীনৌদা
নফমদা ঐনা নোল্লুরবি।

---

পাখৌ=শামান লেংমাল্লবা, মরূপ ঈতাও, লম্ব িংদবা অথৌবা মরূপ। শোয়=ঙা ফাফম। লৌরঙ শীংখোঙ=মীগী মক দা য়েৎলরবা, খুরৌ চেল্লরবা। ঈখোং=ঈশিং ঈরম খোং। চহী কুম্লাং কুমহৈ কয়াদগী=চহী কয়াগী মমাঙদগী। নোংয়ায় পূকচাক তাল্লকপসি=থূননা লথুম্ল লকায়দুনা ঙা ফারগা চা-নরকপসি। ঙসি কৌবা নোংসিদ.=ঙসি নুমিৎ অসিদা। পায়মা রাখল তে=নপূক্লাং হম্বদুনা, তেদুনা। নাইনু কিশি থমদনা=থরুম থমদনা, মরৌ নৈতনা। নোংয়ায়=থূমন য়েক। অদোল=থূমন, নোংয়ায়। শোয়ফম=ল থুমদুনা ঙা ফাফম শোয়। নোল্লুরবি=চঙজরি, হায়জরি।

খোইবা— হা—হা—হা (খেরু-খেরা নোক্রেম্নয়কপা)

পাথৌ নোংয়ায় অথৌবা!
অদুবু করম্না ওইহীরুনি!
অসি কৌবা নোং
নঙ্গী মুংনৌ নবাহে
খোইপুং নরৌ চাউনা
তীংডিগুম্ লৌ ওন্‌বা
খবাগুম্ মীপূক্ হূবদা
পায়মা রাখল্ তেনা
ঐনা নঙ্গী নফম্‌দা
শোযফম্ অসে লালথোক্লুবদা
তুংগী কেগে ঈপাচা,
মোইরাং ইদুরোই মথৈনা
ঐবু করি হায়ননি?

পাথৌ নোংযায় অথৌবা—থূমনগী অথৌবা মরূপ। ওইহীরুনি—ওইথোকনি। অসি কৌবা নোং=ঙসি মুমিৎ। নঙ্গী মুংনৌ নবাহে=নঙগী মুংশি মুংওনবা বাহে-বাতা। খোইপুং নরৌ চাউনা=নরৌ লৈনা, নতাৎ তৌনা। তীংডিগুম লৌ ওন্নবা=তীংডি কৌবা উচেকুম লৌনম নতাৎ তেদুনা পূক্লীং ওনহনবা। খরা=ওনবা। পায়মা রাখল তে=হেক্তা হোয য়াদুনা। তুংগী কেগে ঈপাচা=তুংদা হৌরকদবা (পোক্লকদবা) মোইরাংগী ঈপা ঈচা শাগে নাতে লৈরিবা। মোইরাং ইদুরোই মথৈন্যা=মোইরাংগী ঈচা ঈগুশিংদা।

(খোইবা)— 'লহাল মোং মোইরাংগী
পায়মা বাখল্‌ খেন্‌বা
বাখল লীশাঙ্‌ শীৎতবা
তিল্লাং খুন্নোং কাউগন্‌বা
লাংমৈরেম্বা হাম্‌কোইবা মাক্তা.
কেগে ঐখোয়গী শোয়রুম্‌
খুমন্দা সেঃ লাম্হোক্লুবনা
মোইরাং ঐখোয়গী লম্‌খৈদা
নোংয়ায়্‌ খুনন্‌ মখোয়না
চক্‌কী খোংকৈ য়ুংলরে;
করোঙ্‌ খুৎকুম্বা ঙম্‌দ্রেকো।'
অস্‌ম্না য়াউবা চীন্‌গোয়নহৌবদি
ঐবু শোইনাইরোইদ্রা বাখল্‌ ?

হৈয়েল্‌— পাথৌ নঙ্‌বু তাবরা ?
তন্‌বা নচী হেন্‌,
লাবা নরায়্‌ লাংমুদা।

---

লহাল=মমাঙহৈ। পায়মা বাখল খেনবা=বাখল কৈতবা। বাখল লীশাঙ শীৎতবা=ওইরক্কদবা তুংগী বাখল উদবা। চক্‌কী খোংকৈ য়ুংলরে=মাগী লমখৈনি হায়না লেপ্লরে। করোঙ খুৎকুম্বা ঙমদ্রেকো=লমন শিংবা (খুম্বা) ঙমদ্রেদো। অস্‌ম্না য়াউবা চীনগোয়নহৌবদি=অস্‌ম্না শোম্নহৌব (হায়নহৌব) দি। পাথৌ=মরূপ শামান লেংমান্নবা। তনবা নচী হেন, লাবা নরায় লাংমুদা=ঐনা নীপানি ঐ মঙায়রে হায়দুনা নপন চাউনা নঙক কনগনুদা।

(হৈয়েল্)— ঐস্থ নোংয়ার্ লম্কেংপা,
খুমন লমখোইবা মচানি।
কেগে নবুক্কু খোয়মল্লী ;
মোইরাং ভকচাও থেক্মল্লী।
অদোল্ নোংয়ায় ঐনা
থবাক্ চংঙ্ ওই,
পাম্বোম্ তা-ওইনবা পামহীকুবনা
রাহৈ মতোল্ হুইথবদি
কেগে মোইরাংচা নঙ্বু
ঐনা কিহৌরুবগী নত্তেকো।
মোইরাং ঈপাতাউ নঙ্না
ফংফম্ থোকপা ঐগী
চারুংরুী কন্দ-য়াদে হায়দ্নস্থ
নরাহৈ নাশি থাংলদনা
পায়মা রাখল্লিবা অদ্ম্না
নোংয়ায় ঐস্থ খল্হৈদব্রা ?

ঐস্থ নোংয়ায় লমকেংপা=ঐহাকস্থ খুমনদা লম হেনবা। লমখোইবা=লমহেন তুহেনবা, লমকেং-লমহেনবা। অদোল নোংয়ায় ঐনা-খুমন্ নীপা ঐনা। থবাক চংঙ ওই=থবাক লোংনা য়া, মায়রোঙ য়ানা, হন্দনা। পাম্বোম তা ওইনবা পামহীকুবনা=পাম্বোম তিংবা (মায়রোঙ যাবা) পাম্লদবনা। রাহৈ মতোল হুইথবদি-রাভাও খোনফম তপথবদি। মোইরাং চা-মোইরাং মচা। চাকন্রুী কন্দ-য়াদে হায়দ্নস্থ-ফংফম থোকপা ঐগী শরুরুী লোদবা য়াদে হায়দ্নস্থ।

(হৈয়েল্)— অসি কৌবা নোংসিদা.
পাখৌ মোইরাংচা মঙ্গী
মীংকী ঈখেঙ খক্লিক্-উ,
পীস্ুম্ মমৈ খক্লিক্-থেক্,
য়াইবী কল্হৌ নীক্
তিল্লাং নখোয়্ শাউনা
খাচীরুনা ভাঙ্বা তা,
ঐনা শোয়্ফম্সে লাপ্থোক্লুবদা
নোংয়ায়্ ঐগী ঈপাচা
থূমন্ তুংগী ঈয়েল্লুশিংনা
ঐবু করি হায়নিংহা ?
'থূমন্চা পায়মা লিন্দাউবা,
নোংয়ায়্ হাম্চৎ হাম্কোইবা,
নোংয়ায়্ হৈয়েল্ অথৌবা !

য়াউবা ন্যাশি থাংলদনা—বাহে মরৌ লৈনা কোচি থাংহনা। পায়মা=বাখল, ঐ, লৌশিং। অসি কৌবা নোংসিদা=ভসি মুনিৎ অসিদা। পীশুম মমৈ খক্লিক থেক=পীস্ুম স্কতোক্লা। য়াইবী কলহৌ নীক্লা=থবায় শোক্লা থক থক নীক্কুনা। খাচীরুনা ভাঙবা তা=নথা চীক্লা বা ভাঙবা তা। ঐনা শোয়ফমসে লাপ্থোক্লুবদা=শোয়ফম অসি ঐনা পীথোকপুবদা। নোংয়ায় ঐগী ঈপাচা=ঐগী ঈপা ঈচা শা গ। থূমন তুংগী ঈয়েল্লুশিংনা=থূমন তুংগী হৌরক্লীবা ঈচা ঈশু শুখাঙশিংনা। থূমনচা পায়মা লিন্দাউবা=থূমন মচা মরীল য়াওদবা, ম.ীল তাউবা। নোংয়ায় হৈয়েল অথৌবা=থূমনগী অথৌবা অমগী মমিং।

( হৈয়েল্)— অথৌবা নত্তে লিক্কাউবনি'
হায়না থূমন্ ঈপাচাশিন্না
ঐবু তিল্লাং হাইশীৎননা
কল্লক্ ঈদকো তকশী শোন্,
লাইমাস্থ পাঙ্দেদা থূমনচা ;
নোংয়ায় ঐখোয়গী ঈরম্ খৈবু
কেগেগী মরম্ খৈ ওইহন্খি,
মোইরাংগী মনীং তমহন্খি,
থূদাঙ্ পিকম্ তৈরোয়দ্রা ?

খোইবা— অদ্দি পাথৌ ঈপাতাও,
নোংয়ায় হৈয়েল্ অথৌবা-ও !
শোয়-লু শোয়কম্ অসিবু
কনাগী শোয়কম্নী হায়গদোরিবা,
হায়য়ুনে তাশীদনা ঈপাতাও ?
(ঙংদুনা হংবা)

হৈয়েল্— পাথৌ মোইরাং ঈপাতাও,
কেগে খোইবা লাংমৈরেম্বা-ও !
লেম্লৈ অকুম্ শোয়্
যানচেং অকা শোয়সিদি
নোংয়ায় থূমন্ ঐখোয়গী

---

ঐবু তিল্লাং হাইশীৎননা=ঐবু মীনা তাবদা তীন শীৎনফম ওইনা। কল্লক ঈদকো তকশী শোন=পাম্ম্দকো হায়না থম্মোয় শোক্কা তকশী শোন। থূদাঙ পিকম তৈরোয়দ্রা=কল্লক থম্মদুনা মুংঙাইতবনা কপ্প-রোইদ্রা। কেগে=মোইরাং। লেমলৈ=ঙা। যানচেং=ভা।

( হৈয়েল্)— য়েল্হৌঙৈদগী হৌনা লৈরক্লবা
নোংয়ায়্ ঈপা শোয়্নে,
অদোল্ ঈপূ খোংনে।
চহী কুমলাং কয়াদগী
ঈপান্না ঈপূশিংনা চানরক্লবা
শোয়-লূ শোয়কম্নিদনা পাথৌ।

খোইবা— পাথৌ করি য়াউব্রানো।
য়াউব্রা কন্জাওনতুনা ঙন্গনু;
অদুদি ওইথোক্লোইদৌবা য়াউব্রানি।
ব্রানচেং অকা শোয়্,
লেম্লৈ অকূম্ শোয়সিদি
কেগে ঐখোয়গী ঈরম্খৈ
মোইরাং ঈপূ লম্দা
ন্যোংয়ায়্ নাপ্পা শোয়নে

---

নোংয়ায়=খূমন য়েক। য়েলহৌঙৈদগী=মমাঙৈদগী, হৌরকঙৈদগী, থায়নঙৈদগী। নোংয়ায় ঈপা শোয়নে, অদোল ঈপূ খোংনে=খূমন ঈপা ঈপূদগী হৌনা ঙা ফানফম ওইরকলবা শোয়কম খোংনে। লেমলৈ অকূম শোয়=ঙা কূমলকপদা ঙাফাফম ওইরিবা শোয়কম। ব্রানচেং অকা শোয়সিদি=ঙা কাখৎলকপদা ঙাফাফম শোয় অসিদি। য়াউব্রানো =করি ব্রানো। য়াউব্রা কনজাওনতুনা ঙনগনু=ব্রাজাও ঙাঙদূনা হেনঙনগনু। ব্রানচেং অকা শোয়=ঙা কাখৎলকপদা ঙা ফাফম শোয়। লেমলৈ অকূম শোয়সিদি=ঙা কূম্লকপদা ঙা ফাফম শোয় অসিদি। কেগে ঐখোয়গী ঈপারম—মোইরাং ঐখোয়গী ঈপাগী লম।

( খোইবা )— হায়বসিবু য়াথং চীন্দা-ননা
য়াউৱা খুরোনবনা কানরোয়য়ে।
অমম্ অভাল্ খায়রিবা
কোরো নোংনা য়েংশুনো
মালেম্ লৈনা খঙ্ভৈনে ।

হৈয়েল— হোয়্দা পাথৌ ঈপাতাও,
কেগে খোইবা লাংমৈরেম্বা-ও!
নঙ্সু অথৌ লীচা হেপ্পা,
থয়াঙ্ কোন্দাই লোনবনে।
অমুকসু. কাওরেল্ মপাতাম্বা,
মানবী মতূপ্ হাঙ্বা শন্গুম্বনে।
অদোল্ নোংয়ায়্ ঐস্ঙ্

---

হায়বসিবু য়াথং চীন্দাননা=হায়নৱিবসিবু পংভাঙ ভাঙনবনা। য়াউৱা খুরোনবনা কানরোয়য়ে= ৱায়েৎনবনা কান্বা অচম্বা থোকলোয়য়ে। কোরো নোংনা য়েংশুনো = কোরো নোংমদোল অহাঙবা অতিয়ানা ঐখোয় অনীগী তৌনৱিবসি অচুম অৱান (উশুনো) লেপসনু। মালেম লৈনা খঙভৈনে= মালেম লৈপাক লৈমনসু অচুম অৱাল শোয়্দনা খঙগনিয়ে। পাথৌ ঈপাতাও=অথৌবা মরূপ। কেগে খোইবা লাংমৈরেম্বা= মোইৱাংগী নীপা অথৌবা অমগী মমিং। নঙসূঙ অথৌ লীচা হেপ্পা=নহাকসূঙ অথৌবা লিংজেল হকপা। থয়াঙ কোন্দাই লোনবনে-থাঙ তাদা হৈ-শিংবনে। কাওরেল মপা তাম্বা=কনবদা মপা লৈতবা শন। মানবী মতূপ হাঙবা শনগুম্বনে-মাগা ৱাইনবদা মপা লৈতবা শনগুম্বনে। অদোল নোংয়ায় ঐসূঙ=খুমন নীপা ঐসূঙ।

( হৈয়েল্)— হাওয়েন্ ঈমৈ খৈবা,
য়াংগোই ইদোম্ ঙাক্পা,
ইদোম্ তন্বা মীথন্খায়নে।
পাথৌ মোইরাং ইবীংঙাদি
লমকেৎ লম্থোইবা মশেন্নে,
পাম্বা কৈচেংলাংগুম্বা ঙহাক্নে।
অদ্ন্না পাথৌ ঈপাতাউ।
অসি কৌবা নোংদি
চীঙঙ্ নোংদম্খোল্বু য়েংনরসি ;
নপা ঈপা লাইনস্ঙ্
অচ্ম্ অরাল্ ঝাচ্প্রসুনো।
শোয়রেল্ খম্ঙাক্ ফম্সিদা
খাল্লে লৌপূং থোন্না
খোক্লাঙ তাখোক ওন্নদা
চায়না খোঙফেন্ হান্না
মরোঙ্ চ্ঙফ্ তম্নরসি।

হাওয়েন ঈমৈ খৈবা য়্যাংগোই ইদোম ঙাকপা = মায়কৈ ঙাকপা ইতোমতা ঙায়বা। ইদোম তনবা মীথন খায়নে = ইতোমতা ঙায়বা (মীথোয় মী- হেন্নবা) অথন্নবা নীপানে। ঈবীংঙাদি = ঐখোয় অনীদি। লমকেৎ লম- থোইবা মশেননে = লম হেন্না লৈনবা ঙহাকনে। পাম্বা কৈচেং লাংগুম্বা ঙহাকনে = কৈচেং লাংগুম্না অথৌবা ঙহাক্নে। চীঙঙ্ নোংদমখোল খঙনরসি = নোংদম্বা লাইগী অচ্ম অরাল অরেপ্পা শোয়ফদ্রবা অমা খঙনরসি। নপা ঈপা লাইনস্ঙ = নঃ ঐগী ঈপা ঈপূ পোকপা লাই- নস্ঙ। শোয়রেল = ঙা ফাবা শোয়ফম অচোবা।

( হৈয়েল্)— ঙেম্দবনা তন্বা মাবু
তাঙ্জা লুরেল্ লৌ,
খম্নুঙ্ শন্না তাল্,
খম্লৈ অয়েং কূন্নসে।
অঙম্বনা শোযরেল্ লম্চন্নসে।
খ্বেযমা ঈমায়্ ওন্,
য়াম্চেং ঈনম্ মুক্কুমসে।

খোইবা- হোয়দা নোংয়ায্ ঈপাতাও,
চীঙঙ্ নোংদমখোল্বু য়েংনরসি।
অদুবু পাথৌ ঈপাতাও!
অসি কৌবা নোংসিদি
চায়না খোঙ্ফেন্ হানরমুসি।
হয়েং কৌবা নোং
য়োয্মায়ায়্ লাইরেল্ তাউতন্বা

চাযনা খোঙফেন হাননা—লাল থেংননা: মরোঙ চূঙফূ তম্নসি—চূঙতা পায়নরগা থবায় পোম্বানদুনা লাল তৌনসি। তাঙ্জ লুরেল লৌ= মঙক কক্তূনা মকোক লৌ। খমন্নুং শন্না তাল—শিবা। খমলৈ অয়েং কূম্নসে—থবায় থানসে, শিদোক্লসে। অঙম্বনা শোয়রেল লমচন্নসে—মায় পাকপা অঙম্বা নীপা অদুনা শোয়ফম অচৌবসে লৌনসে। খোয়মা ঈমায় ওন, যামচেং ঈনম মূক্কুমসে—কিদুনা লৈদূনা চেন্নগুমসে। চীঙঙ্ নোংদমখোল য়েংনরসি—নোংদম্বা লাইগী শোয়ফদ্রবা অচূম অরাল চাংয়েং য়েংথোক্লরসি। হয়েং কৌবা নোং—হয়েংগী নুমিৎ। য়োয়মায়ায় লাইরেল তাউতনবা—তরু-তহেন্না মতীক লৈরবা লাই অথোইবা নুমিৎনা ঙাম্না অহাংবা অতিয়া মকোয়দা ঈতাও তাউদুনা তন্দূনা হায়বদি পন্দুনা লৈবা।

( খোইবা )— ' থবী মানা খেন্‌কারক্,
অঙাল খেঙোং লল্লবগা
শোয়রোল্ খম্ঙাক্ ফম্‌সিদা
নরাল্ থৌচৎ হল্লক্‌ও।
অত্নুদা পাখৌ ঈবীংঙামা
চায়না খোঙ্‌ফেন্ হাননা
মরোঙ্ চ্‌ঙক্ তম্নসি
তিমেন্ তা চায়নরসি।
অসি কৌবা নোংদি
পাখৌ নঙ্‌স্ঙ্ হলবাইরো,
নরাল্ তমনা খোঙদোয়খ্রো;
ঐস্ঙ্ ইরাল্ ওন্দেখিরগে।

হৈয়েল— হোয়দা পাখৌ ঈপাতাও,
হয়েং কৌবা নোংসিদি
য়াথং থোয়্‌য়া শোয়ফরোইয়ে;
ঈরাল্ থৌচৎ ঙম্মরকসে;
ওন্দেনয়সে মরাল্ ঈরাল্‌য়ায়দা।

(অথৌবা অনীমা বা লেপ্পনুনা শোয়ফমদগী মদোম মদোম মরাল্ য়ুমগানখিবা )

---

থবী মানা খেনগারক=নুমিৎনা তরং-তরং হন্দোরক। অঙাল খেঙোং-লল্লবগা=নুমিৎনা খিং খিং লাউনা থোরল্লবগা। শোয়রেল খমঙাক-ফমসিদা=ঙা ফাফম শোয়ফম অচৌবা অসিদা। হলবাইরো=হলো। ঐস্থ ঈরাল ওন্দেখিরগে=ঐস্থ য়ুমদা হনখিরগে। য়াথং থোয়য়া শোয়-ফরোইয়ে=হায়নখিবা বাফম শোয়বা য়াদেয়ে। ঈরাল থৌচৎ ঙম্মরকসে=য়ুমদগী ঙনতা ঙনতানা য়োনরকসে মফম অসিদা।

# অহুমশুবা মতাঙ্

৩ শুবা উৎপা

হৈয়েল অথৌবগী মরাল-য়ায়—

( নোংয়ায় হৈয়েল অথৌবগী মরাল-য়ায় অহু লানৌ লানা কৃপ্পা য়ুমঙ্গাও লাইখল তাবনি। য়ুমগী অরাং থংবা মাংগোল উখোঙতন্দা ভাহুনা মায়থোঙ ঈমক-মকচানা তাল্লোয় মরুম্বী ভানবা শোরা নচ.ওস্নুনা মতোমতা মুকম-মুকন শোনজরম্মী। )

নচাওস্নু- যোর মায়ায় অঙান্ তাউতন্বা
যেংনা য়েংনা খঙ্হৌদে,
য়াতোল্ খেংরায় নরক্লে।
কোরৌ মশেক্ হেল্লক্লে,
য়াঙ্বন্ মৈশা থোইরক্লে;
খোঙ্য়ায় মতমস্নু মথেঙ্লে।
হল্লক্করেদো অদ্বু মাদি!
শোয়রেল্ লুকায় ফম্দা

য়োয়মায়ায় অঙাল তাউতনবা=তরু তহেন্না ভাললিবা মুমিৎনা অহাঙবা অতিয়া মকোয়দা তাউহুনা হায়বদি পন্দ্না লেঙদনা লৈরিবা। য়াতোল খেংরায়নরক্লে=(মুমিং অশুম অশুম কাখংলকপনা) য়াতোল লোমলক্লে। কোরৌ মশেক হেল্লকলে=মুমিৎকী মঙাল মশা চাউবা শাবা হেনগংলক্লে। য়াঙবন মৈশা থোইরক্লে—মুমিৎকী অশাবা মৈশা কংখংলক্লে। খোঙয়ায় মতমস্নু মথেঙলে—হল্লকপা মতমস্নু ঙসিনা থেঙলে।

নচাওম্ )— কোরৌ খূদীং লূকায়বা
হন্নক্লীংভায় মতাঙ মওয়্রে।
কম্নিগীনো হৌজিক্ ফাও
ঈরাল্ ওন্দেরক্কবা 'সিবো।
কম্বা নিংভাই শংদানা
শয়েং পাম্বোম্ ঙা-ননা
লাবা শাথেঙ্ নখ্রবরা,
হুয়েল্ লাম্হেংনখ্রবরা মাবু ?
ওম্ভোক্য়ে কোরো অসিসে।
য়েংবী শয়েং পাম্বোম-চোং,
মীংল্-মমৈ মশোঙ তোয়না কাঙ্লী।
খোইয়ুম্-ও ! অফ-ফংতা,
করি নোংদম্বু খোক্লগবা ?
নোংয়ায় খূমন্ পোক্পা-ও !
চীঙ্ঙ্ খোইয়ুম্ নহাক্না
করি খঙ্হন্বীগে নীংদ্না
অসিগুম্বা খূদম্ চাংদম্বু

---

শোয়রেল লুকায়ফমদা=ঙা ফাকম শোয়ফম অচৌবদা। লাবা শাথেঙ-নখ্রবরা=নীপা খোক্লা শা লাল থেংনখ্রবরা। হুয়েল=লাল। মীংল্ মমৈ মশোঙ তোয়না কাঙলী=মীংল্ মমৈ মচীদা ফত্তবা খূদম পীনা তোয়না হন্না চোংলি। নোংয়ায় খূমন পোকপা-ও=খূমন য়েক শল্লাইগী ঈপা ঈপূ অপোকপা-ও। চীঙঙ্ খোইয়ুম নহাকনা=নোংদম হৈবা লাই নহাক্না।

(নচাওস্থ)— স্মুজা কাদা পীনবা !
অসিদস্থ নত্তেদো নহীক্তি
য়োয়্বুনাই ঐগী মঙ্লাল্-চান্
অবাঙ্গী ঈনূঙ্ ভাল্লমদাই
মঙগ্রেম হাগেম্নখিবা 'সিবু
ওঃ
খল্লূবদা থম্মোয়্ চেম্খরে,
খল্লূবদা হক্চাং শাচুংলে ;
ইপাই কোক্চাওবী ফূঙ্বু কায়।
মাঞ্জ মাগনি তুংথ-মাঙ্থা
খোঙ্কাপ্ নাউরৈ লাম্,
খুদোল্ ফাৎলৈ হুল্
খোম্লেল্ মঙ্লাল্ চান্দূদা
লোইবী চীঙ্জাও কাব-ৱায়
নারক্ মোংশোঙ্ থাই খায়না
থোদ্ নূঙ্জা মশেক্ নেত্তুনা
খূযা মৌবী মৱাক্ চাম্

---

য়োযবুনাই ঐগী মঙলাল-চান=মশানৌ ঐগী ঈমঙ্দা। অরাঙগী=ঙরাঙ্গী, ঙসিগী হৌখিবা মথঙ। মঙগ্রেম হাগেম্নখিবা=মঙহৈন্দ্রবা ফক্তবা মঙ্ মঙখিবা। শাচুংলে=তু চুংলে। খোঙকাপ নাউরৈ লাম খুদোল ফাৎলৈ হুল=খোঙথাঙ খুদীং খুদোল কাঙ কাঙহুনা। লোইবী চীঙজাও কাবা ৱায়=চীঙজাওদা ৱানা অশুম কারকপা। নারক মোংশোঙ থাই-খায়না=শোঙ্ল শোঙলবা নারকশিং থায়দোক থায়দোক্তুনা। খুয়া মৌবী মৱাক চাম=খুয়া অসি স্বায় স্বায় লাউ।

( নচাওস্থ )— চীঙ্মায় থেল্বু শাবদা
পামেল্ উগী উখোঙ্-থা
ব্রাংলেল্ পুঙ্গোয় ফমদ্না
অৱা হুইচোল্ লাংমিন্নে ।
মতাঙ্ অদ্দা খঙ্হৌদা
পান্বা কৈরেল্ অচৌবা
কৈরেল্ মানা ঙংনলাউ
ন্যারক্ পৌয়ায়্ 'নুংদগী
ফন্বু চোংথো রক্লগা
মাঞ্জ মাবু শরাক্-তম্
কৈরেন্না য়াথোঙ্ লোন্খিবা ।
( হায়রম্লগা হীক্ল-হীক্লা মীকপ্পা, মখা
তানা অমুক্ )
ঈঙাঙ্ পাক্তক্না
ইমু পাম্ফেন্-ননা
ঙান্বা শোরা নচাওস্থ
তাল্লোয় ঐগী ঈরুস্থী !

---

অৱা (হকচোক) হুইচোল লাংমিনবৈ=অৱা পোথামিন্নে। পানবা - কৈ, নারক্তা লৈবা শা অমা। কৈরেল=কৈ অচৌবা। নারক পৌয়ায় নুংদগী =অশোঙবা নারক্তগী। কৈরেলনা য়াথোঙ লোনখিবা=কৈজাও অমনা (শরাক তমখিবা) লাকখিবা। মাঞ্জ=মাম্ম (ঈকপোক) না পোকপা মচা ঈপূরোইবা। শরাক তম=শানা লাকপা। ঈঙাঙ পাকতক্লা ইমু পামফেন্নবা=ঈনা ঈঙাঙ ঙাংনা পাকনা চাইনা।

ঐবু কৌনা কৌনা
পান্বা মানা পুখিবা।
লোক্চপ্ লোক্নুং মনুঙ্দা
পাংগন্ শোন্বী নুজানা
পান্‌ববু করোঙ্ খূৎকুম্বা ঙম্দনা
নুজা থা ফূনা
মাঙ্লে হায়বা য়াউরাগা
লূনায়্দবী তীন্থোক্ মানা
য়াংলৌ থক্তা চোংবগুম্
ওন্না থোইনা চোংলহূনা
লোইবী চীঙ্মায়দা ভুখিবা
অদুদগীদি খোমলেল মঙ্ফাওনখ্রে।
ওঃ
করি ওইরনি অসিসে!
কুবীহৈবা চীঙ্ নোংদম্বাও।
ননাইবু খৌজাল্ পীনৌকো।

---

তাৎপর্য = পূরোইবা, নীপা অদুগী অফ-ফত্তা হারম কয়ামুক্তা অফ-ফত্তা তাথোক লাশীন তৌদুনা পুন্সিগী লোয়নরিবী নুপী। মকাম্বী = মতু, রূপাম্নরিবী নুপী। পানববু করোঙ খূৎকূম্বা ঙমদনা = কৈভুবু লমন কূম্বা (শিংবা) ঙমদনা; নুজা থা ফূনা = ননাই নুবীগী ঈথবাকসি থূডুন। লূনায়দবী = তীন্থোক। য়াংলৌ = লম্বী, সোরোক। কুবী হৈবা = খৌজাল নোংদম হৈবা।

( মশানৌনা পিরাং তৈথোক•তৈথোকলদ্না লৈরিবৈ মতাঙ অদ্দা মশাবী নোংযায় হৈয়েল অথৌবস্ ঙ শোয়ফমদগী মায়থোঙ্ মকচানা মরাল•য়ায়দা ব্রায়ংলবদা, মশানৌ ঙানবা শোরা নচাওস্পনা ওইরগিবা মতৌবু শক উবদা থম্মোয় লাইয়ুম শোক্না মপাউ হংবা )

হৈয়েল— ঙাল্বা শোরা নচাওস্থ
তাল্লোয্ ঐগী ঈকন্থী-ও।
করিগীনো অসি নোং
থম্মোয মুংহীক্ মুংদাম্ননা
মায়্থোঙ্ নঙ্গী মক্চানা
মাংগোল্ ওয়রোম্ উখোঙতেন্-ঙা,
পিরেম্ থাকক্লনা কপ্লিবদি ?
ঐনা শোয়ফম্দা চংখিবৈ
লেম্লৈ লৃকায়্গে হায়দ্না,
কৈরোয়্ নমান্নবী কনানা
ব্রাতা থিমন্ পোম্দ্না

---

মরাল-য়ায়=য়ুম। ঈরূম্বী=ঈত্। মায়থোঙ নঙগী মকচানা=নমায় মায়থোঙ ঈমক মকনা। অসি নোং=ঙসি মুমিং। থম্মোয় মুংহীক মুংদামননা=থম্মোয় শোক্না য়াম্না মুংশি মুংওন্না হীক-হীক লাউনা। তাল্লোয়=পুন্সি অব্রা মুংঙাই অফফগা হীরম কয়ামুক্তা মপুরোইবগী তাথোক-তাশীন তৌনদুনা মতম শৃদীং নোয়নরিবী মুপী। পিরেম থাকক্লনা কপলিবদি=পিরাং অর-অম শিন্থুদুনা কপলিবদি। লেমলৈ=ঙা। কৈরোয=য়ুমলোল•কৈরোননরিবা, লৈকায়। ব্রাতা থিমন পোম দ্না=ব্রাতা থোন্দা থোনফম থীবা থম্মোয় ( নাবা ) পোম্বা ব্রাংবা।

( হৈযেল )— নঙ্বু লাক্চবম্নগে হা ?
লৈকায্গী লম্হেন্বা কনানা
থক্শী কারন্ লাক্তূনা
হেক্মায্ মপাউ স্রগা
নম্জা হাজা নগে যাওববা ?
তম্মূ ঈফম্দা অদুক্
হায্যূ করিগী লংনগনুদো ?
থবাক্ চূঙ্ ওই,
পাম্বোম্ তা ওইনগে ;
বনানো লঙ্জরম্বা মাবু
নশাবীনা মংশৎ তাননা
কবোঙ্ পেন্না খূৎকুমগে ?

নচাওস্নু — যোয্বুনাই ঐবু কৈদোদেযে,
কনানা থক্শী কারম্নদে ,
চীন্থী করাম্ ৱাফম্সু

---

থকশী কাবন লাক্তুনা=থকশী খাশী নাইদনা। হেকমায মপাউ স্বগা=নোবত্রেম হাইগ্রেম্ননা ৱাঙাঙ কনজাও হুন্দুনা ঙাঙলগা। নমজা হাজানগে যাওবরা=নমথেক নমজানগে যাওবরা, নমথেক নমজা· নগে থৈরাঙলম্বা। থবাক চূঙ ওই=থবাক লোংনা যা। পাম্বোম তা ওইনগে=নঙগীদমক্তা পাম্বোম তিংগে। কবোঙ পেনা খূৎকুমগে=নম্মন পেন্না খুমগে। যোয়বুনাই ঐবু কৈদোদে=নশানো ওইবী (ননাই ওইবী) ঐবু কনানা করিস্নু তোদে।

(নচাওস্থ্)— কৈরোয়্ ঈনম্মনা লাম্লদে।
অচুবু মুংআংজরম্বা বাকম্,
পিরাং ঈরী ঈহৌ-বায়্।
করিগীস্থ্ নত্তেকো থংলেল্-ও!
অসি কৌবা নোং
য়োয়্মায়ায়্নদি বাংনা কা,
থবীনা বাংনা তাল্লক্,
নোংমদোল্ ঈপাক হেন্দ্না
তাউতন্বা মঙাল্ চাউর-কাও
মাঙ্গ মঙ্নদি ওন্দেরক্কেদো
মোংবা ঈরাল্ য়ায়্সিদা;
অসিদবু করিগী মুংনাংওইদবনো,
থংলেল্বু কোয়ৌ চাক্হেঙ্গরিবী
ননাও সোরা নচাওস্থবু?
অসিদস্থ্ নত্তেকো অসি-নোং

---

মুংনাংজরম্বা=থম্মোয় মুংঙাইত্তবগী (মথ্ম মরাঙনরমুবা) লাঙতক্লরম্বা। পিরাং ঈরী ঈহৌ-বায়=ঈহৌরক্ক্না শিন্থরক্লীবা পিরাংসে থাম্বদা বায়। অসি কৌবা নোংদা=ঙসি মুমিঙ্তা। য়োয়মায়ায়না বাংনা কা=মুমিংনা নোংমদোল তম্না বাংনা হাইগৎলক। থবীন্না বাংনা তাল্লক=মুমিংনা বাংনা কাখৎলক। নোংমদোল ঈপাক হেন্দ্না=মুমিংনা নোংমদোল অবাঙবা অতিয়া তমনা মঙাল মশা চাউনা কাখৎলক্ক্না। তাউতনবা মঙাল চাউর-ফাও=মুমিংনা অহাংবা অতিয়া মকোয়দা ঈতাও তাউ-তুনা হায়বদি লেপ্পুনা মঙাল মশা চাউনা মৈশা কল্লবা ফাওবা।

অহীংগী তাংলো অথেঙ্বা
নোংডাল্ ঈচীক্ হুন্নমদাই
মঙ্খিবা খোম্লেল্ মঙ্গ্রেম্নবা।
( হায়রম্নগা হীরু-হীরা কপ্নক্পা )

হৈয়েল মুংশি য়াউরা খোম্থাংনম্নিবী,
পায়্মা মুংওন্ পূকতীন্নবী,
ঈশানো ইনেম্ মচা-ও !
অদ্মবু কপ্পা হে ?
করিগীসু পায়মা মুংচুদা
তহা-তহা মুংনাংলিবনো, হাখিনো।
তাইবঙ্ য়াম্চেং পুন্সিসিদি
মপ্ (মা) গী হংগী লাইনিনে।
মাগী থূর্জী মচীংদা
ঐখোয়না চগোয়্ শাবনি।

থংলেলবু কোরো চাকহেঞ্জন্নিবী=মুমিৎ থূদীংগী ঈরা ঈপূরোইবনা (চা-পক্লি হৈঙে) চাক চাগ্রিহৈঙে মমাঙদা ঐনা হান্না চাবা থকপা অমুক্তা তোজরক্লিবী। নোংডাল ঈচীক হুন্নমদাই=নোংডাল্লমদাইগী অচীকপা মতম ওইরমদাই। মঙ্গ্রেম্নবা=মঙ্হৈদবা হঙবু ( মঙদা উহৈদবা পংউ ভবা ) মবো। মুংশি য়াউরা খোম্থাংনম্নিবী=মুংশিবা বাহৈ বাতা খোন-দম্না ভাঙ শক্লীনী। পায়মা=বাখল, লোশিং, মুহাক মশামক, ঐ, পুক্নীং। মচা ঈনেম মচা ও=ঈনেমপোক্লা পোকপী মচা মুপী-ও। য়ামচেং=পুন্সি, হৈপাক লৈক্প। চুকোয়=জগোয়। খৈবিক্তি=পুন্নমক্তি।

(হৈয়েল)— অন্না মুংঙাই খৈবীক্তি
মপূ্ মাগী পোক্ফম্নি।
মাগী পোকাং অমদা
তাইবঙ্না হী হী মনোক্চা;
মাগী পোচৎ অমদা
তাইবঙ্না ৰা-ৰা কপ্চবা
নঙ্-ঐনা নোংশি-নোংদম্ ঈতীক্লা?
খোয়্নোং-ও লাউ, ফম্সি লাউ,
হীরী কোন্না পাউদম্গে
খোয়্জঙ্ খোয়্দানবু নাতাওকোঁ।
অসি কৌবা নোং
অয়ূক্কী য়েন্দা অঙনবা
শোয়্রেল্ শোয়্ফম্দি চৎপদা
কেগে মোইরাংগী অথৌবা
খোইৰা লাংমৈরেম্বা মাগা

---

মপূ্ মাগী পোকন্নী=ন্যোংদম্বা মপূ্ মাগী তৌমীংবদা তৌবদা মনাংনি, মানা ওইনিংবদা ঐখোয়না অন্না মুংঙাই'কয়া হন্না কংহুনা অমুক নোকপা। অমুক কপ্পা ওইজবতনি। নঙ-ঐনা নোংশি নোংদম' ঈতীকলা=নঙ-ঐনা খোকহন্নীংবা ওইহন্নীংবতা ওইহনবা ঙম্বরা। খোয়নোং-ও=খোয়দাবী, চান্নবীং-ও। হীরী কোন্না পাউদমগে—পূক্নীং চঙনা খাখল' লৈতান্না ৰা হায়রকে। নাতাওকো=নাদা তাওকো। অসি কৌবা নোং—ঙসি নুমিৎ। অয়ূক্কী য়েন্দা অঙনবা—অয়ূক্কী য়েনখোং অহানবা।

( হৈয়েল )— 'শোয়ফম্ যাই মুন্নবগী'
বাজাও অমা থোক্লেদো।
পারম্ পুরম্ চৎতগী
নোংযায়্ ঐখোয়গী শোয়্ফম্ব্
কেগে মখোয়গীনি নম্জানে।
মানি নংতে অসিগী
য়াংলেল্ পুঙ্গোয়্ অম-চৃপ্
বায়েৎনবা মতাঙ্ থোক্খিদো;
তং তু লৈতানবা বা,
পারম্ লাক্পা ঙম্মদ্রে।
মোইরাং মাস্থ ঈখেঙ্-কা
নোংয়ায়্ ঐস্থ ঈখেঙ্-হো
বাঙাঙ্ কন্জাও হুম্নরবা-ভুং,
খোইয়ুম্গী চাংদম্ য়েংনসি
চায়্না খোঙফেন্ হা-নসি
সিদা মাগা বাখৈনরেদো।

শোয়ফম য়াইমুন্নবগী—লৃ থুমহুনা ঙা ফাযম শোয়ফম্ব্ য়াই মুন্নবগুম মাগীনি ঐগীনি হায়দনা মুন্নবগী। পারম পুরম চৎতগী—ঈপা ঈপূ হাক্তক্তগী। বাংলেল—পুঙ, মতম খয়া, মীৎকৃপ খরা। তং-তু লৈ-তানবা বা—তং তানা অসিগীনি (মাগী ঐগীনি) হায়বা লেপ্পবা। পা-রম লাকপা ঙম্মদ্রে—মা ঐগী ঈপা ঈপূগীনি হায়বা অশেঙবা হৌরক ফম লীথুন অহু লেপ্পবা ঙম্মদ্রে। নোংয়ায়—খুমন য়েক। বাঙাঙ কন-জাও হুম্নরবা তুং—বা চাউনা চাউনা হায়বদি বাহৈ খোনফম পেম্না কম্না বাডাঙনরবা মতুঙ।

( হৈয়েল )— ‘হয়েং কৌবা নোং
চীঙ্নৃঙ্ কৌবা শোয়্
চীঙ্লেল্ নোংগা ঙাল্লবদা,
শোযরেল্ খম্ঙাক্ ফম্সিদা
মরোঙ্ চৃঙ্ফৃ তম্নসি,
ত্তিমেন্ তা চায়্নসি’
সৃম্ন্যা ঈবীংঙা ৱারোয়নরগা
মাস্থ মরাল্ ওন্দেখ্রে,
ঐস্থ ঈবাল্ খোঙ্দোয়রক্পনি।
ন্নুংশি ঐগী খোয্দাবী,
পায়মা ঐগী ন্নুংওন্বী
য়োয়্বুনাই ঈনেম্ মচা-ও!
অসিদি তিল্লাং খোয়জঙ্না

---

চায়না খোংযেন হা·নসি=লাম্থেংনসি, য়েরবা মী তনী মখূৎস্থ তা নক্রগা থাঙ নক্রগা হেনবু ওইরবস্থ খূৎলায় পায়নতুনা লাল শোরবা। ৱাখৈরেদো=ৱা লেপ্পরেদো। হযেং কৌবা নোং=হয়েংগী ন্নুমিৎ। চীঙ-নৃঙ কৌবা শোয়=চীঙ মরমদগী ন্নুমিৎ থোরবপা, নোং ঙাল্লকপা। চীংলেল নোংগা ঙাল্লবদা=চীংদগী ন্নুমিৎ মঙাল হুলদোরক্লবদা। মরোঙ চৃঙফৃ তম্নসি, তিমেন তা চায়নসি=চৃঙ-তা পায়নতুনা থৱায় পোন্থানতুনা লাল তৌনসি। ঈবীংঙা=ঐখোয় অনী। ৱারোয়নরগা=ৱা লেপ্পবা লোই-রগা। মরাল ওন্দেখ্রে=ময়ূমদা হনখ্রে। ঐস্থ ঈবাল খোঙদোয়রকপনি=ঐস্থ য়ূমদা হল্লকপনি। য়োয়বুনাই ঈনেম মচা-ও=ঈশানৌ ঈনেম-পোক্পা পোকপী নৃপী।

(হৈয়েল)— চফ্ তিল্লাং শৌ,
ঈবাল্ খোয়দৌ ওৎনা
তারা মাবু চয়োম্‌ও;
ৱাংলৈ য়ুখোম্ হান্দুনা
শোয়্‌দনবা অমুক্তা পাদম্মু
থংলেল্ নশাবী ঐগীদমক্তা।

নচাওস্থ— ওঃ
করি ওইরনি ৱাফম্‌সিদি।
য়াউৱা অসি তাগদবগী
মীৎলূ পাম্বোম্ চোংবনি।
মাঞ্জ করিগী অদ্‌মা
নিংচাই শংদা নবীরুবা ?
করি লৈতবা ৱাফম্‌গীদমক্
পুন্সি পোন্থা নবীরুবা ?

---

তিল্লাং খোজঙ খোয়দানা = নপূক্লীং চঙনা লৈতানা। অহীং ঈমক্ শোয়যায়মাদা = অহীং অথেঙবদা। চফ্ তিল্লাং শৌ = চফ্ চাক শোঙন। ঈবাল খোযদৌ ওৎনা = ঈবাল য়েনশাং থোংনবদনা য়েনশাং থাবৈ ওৎন্যা থোংহুন্যা। তারা মাবু চযোম ও = চাক অহু যোমণীল্ল্। ৱাংলৈ য়ুখোম হান্দুনা = মওঙ-মতৌ ফজবা লৈপাক্লা শাবা চফ্ মচীন্ থূবা, মযূং শাং তক্লা তাব। মপাল নাইবা মশা নানবা অহুদা লীনচিংবনা ফজনা লোল্লগা যোম্বা মও নি মহুদা য়ু হানজিন্দুনা। মানজ = মাম্মনা (ঈকবোৱা) পোকপা মচা, ঈৱা ঈপূৱোইবা।

( নচাওস্ন )— শোয়ফম্ মাস্ন চৎচখিসন্নু
হন্দকী মতাঙ্ অসিদা।
থংলেল্ মাঞ্জ নঙ্নুদি
য়াম্চেং মৈরা মৎখি-থোকও
ননাওদি করি ওইরনি।
তাইবঙ্ মালং পানসিদা
কনাগী ফিজীদা পায়দ্না
পুন্সি লম্শাঙ্ চুৎকনি?
( পিরাং অর-অর পিন্থরক্পা )

হৈয়েল— নুংশি ঐগী খোয়কুঙ্বী
মোম্নু য়োয়বুনাই পেম্মা ও!
তরঙ্ লাইজ মরাঙ্-হৌ,
মীৎল্ পিরাং শিন্থনা
হায়কুনো তাল্লোয়্ ঈরুম্বী-ও।
অদ্মবু য়াউরা চান্গোয্নত্রদো?

য়ামচেং মৈরা মৎখিবা থোকও=পুন্সি মাঙখিবা ওইরো; শিখিবা থোকও। তাইবঙ নোংশা পানসিদা—পঙ্গুংকম অশেম্মা নৈলেব্রা মীওয়বগী মপোক পুন্সিদা। মোমনু=নুজা, নূপা। পেম্মা-ও ঈবেম্ম-ও। মোমনু যোযবুনাই পেম্মা ও=ঈশানৌ ঈবেম্মা ও। তবঙ লাইজ মরাঙ হৌ =পি ঈরা চেন্না। মীৎল্ পিরাং শিন্থনা=মীৎল্ অনীদা পিরাং অর-অর তাথুনা। তাল্লোয় ঈরুম্বী=পুন্সিগী তারা নুংঙাই অক-ফন্তা হীরম কয়ামুক্তা অমতা ওইনা তাথোক তাশিন তৌথুনা লোয়নরিবী ঐগী নুপী।

নথঙ্লেল্দি খাথা তিন্,
লাইথা তিন্বা্লক্তা পাউম্বারক্য়ে;
খোয়মা ঈমায়্ লৈনা
য়াম্চেং ঈনম্ মৃক্লরোয়্;
খোঙ্বী মমায়্ লৈখ্রোইয়ে।
অদৃগা রাফম্ অদৃবু
কবি বাবু কৌবগে?
য়ামচেং পুন্সি লৈরাংদি
ঐনা কেন্গে কেন্ঙম্দে;
বেল্লোই ঈতীক্ ওইবরা?
পোব্রবদি শিগনি শোয়দনা;
শিরবদি অমুক্ পোক্কনি।
অসি কেন্খিবা লৈরাংসে
মহাক্তগী ওইবা নত্তেকো,
ঐস্থ নোংমদি কেন্গনি,

---

নথ'লেল=নপূ্রোইবা। খাতা তিন, লাইথা তিনবা লক্তা পাউম্বারকয়ে=মালেম কোরো অর্নাগী মরক্তা অনীমক্তা লেপ্পা খঙ্গুন্নু হায়না ঐনা রাশক্ত্না হো'য় য়াগোকলম্মী। মোমন্নু=নুজা, নৃপী। য়ামচেং ঈনম মৃক্লরোই=পুন্সিগী মায় ওন্দৃনা (লৈদৃনা) চেল্লরোয়। য়ামচেং পুন্সি লৈরাংদি=লৈঙুম্না মতম খরগী পোব্রম্বা মীওয়বগী মপোক হায়বসিদি। ঐনা কেনগে কেনঙমদে=ঐনা শিগে হায়রবস্ শিবা ঙমদে (য়াদে)। অসি কেনখিবা লৈরাংসে মহাক্তগী ওইবা নত্তেকো=ঙসি মীওয়বনা তাই বং মপোক থাদোক্লমহূনা শিখিবশিং অসে মখোয়দা শিখিগদবা নত্তেদো।

শোয়্ফম্ য়াইমুন্নবা

( হৈয়েল্ )— তুংথ মাঙ্থা ওইরবনি ;
করিগী অমুক্ কিহৌরুদোবা ?
পোক্লক্লিবা তাইবঙ্ মপোক্সে
মিংচৎ উরোং খিন্ঙস্বা
মহাক্তুনিদো লেঙ্দ শিদবা
তেল্লবা পুন্সি ওইসনু ।
পুন্সিসনু অদ্গা মহাক্না
চক অমা চুপ্ন-ফাও
কিগনবা পাঙ্দবা ওইদুনা ;
মহাক্তুনি মুম্না খঙ্ঙ্দো,
শানৌ ঈনেম্ মচা-ও !
হিংন-হিংনা শিরবা হায়্বদো ।
অসি কৌবা নোং
মোইরাং ঈপাতাও মাগী
মীৎয়েঙ্ মীৎসুক্ অমদা
য়াম্চেং পুন্সি কেম্গনি-কি,
ঐনা শোয়্ফম্সে লাম্থোক্লম্নবদি

ঐসু নোংমদি কেনগনি=ঐহাকসু ( মখোয়না শিনখিবা অদূম্না ) নোংমা নত্রগা নোংমদি শিবা শোয়বা লৈত্রবনি । মিংচৎ উরোং খিনঙস্বা= লেঙ্দ মূৎলরোইদোবা মিংচৎ থনম্বা । চক অমা=চহী লীশিং চা- কয়ামুক্না খূজীং ওইনা অশাংবা মতম অমা, যুগ অমা । চাদা নাউদা=মচা মশু পোক্লকপশিং । অসি কৌবা নোং=ঙসি মুমিৎ । শোয়কম=ঙা ফাকম শোয় ।

( হৈয়েল্)- নোংগ্নায়্ ঐগী চাদা
অদোল্ ঐগী নাউদাশিং
লীতোল্ হুইথরক্পা মথৈনা
ঐবু থীনা ভাঙ্নহৌনি—
'পাঙ্দবা মীয়ক্ মীচন্-থি'
অন্নী তিল্লে ভাঙ্না
তরা তিল্লে শোম্না
স্মনা শোইনাই হৌবদি
মুমিৎ থানা পাল্লি-ফাও
মিংচৎ থীনিংগ্নায়্ ওইরোইদ্রা ?
লাউ থীল্লগনু চৎলসি,
উনবী পরৈ চেৎনা
খূমন্ পোক্পা খুরুম্মুসি
হয়েংগী মহৈ য়াম্নবা ,
লৈশী লৈথোল্লুরসি ঈবীংঙা
মাগী ভাংলৌ খূয়া-খাদা ।

অদোল=খূমন। নোংগ্নায়=খূমন য়েক, অদোল। য়ামচেং পূন্সি কেম-গনি কি=পূন্সি অসিবু লম্ম-খাঙদা শিগনি হেক্তা কি। লীতোল হুই-থরকপনা—চাদা নাউদা মথঙ মথঙ শুখাগশিং পোকথরকপনা। উনবী পরৈ চেৎনা—পূক্নীং চঙনা, পুক্নীং বাখল অমতা ওইদুনা। ঈবীংঙা—ঐখোয় অনী, ঐগা নঙগা। মাগী ভাংলৌ খূয়া খাদা—অপোকপা মপূ মাগী তঙাং তঙাংলবা মখোঙদুদা।

# মরীশুবা মতাঙ

## ৪ শুবা উৎপা

### খোইবা লাংমৈরেম্বগী মরাল-য়ার

( কেপে খোইবা লাংমৈরেম্বগী মোংবা শঙ্গায় স্মাঙ মতা কবদু নীংথীনা তরু তনান্না উরি। ফিজেং-লৈতেং, শাপোং লালপোং শেং-তুনা মাংগোল খেনজঙ্ লাংদা মশাবী খোইবা লাংমৈরেম্বনা লৈরম্মী। মাংঙ্ লাইচাউ চনুনা ঈম্ঙদগী চ্ঙ-তাগা, চায়োম য়ুখোম পায়দ্না পুখোরকপা )

লাইচাউ চন্— অসি কোরৌ নোংগী
চায়না খোঙ্ফেন্ হা-নবগী
খোঙ্ফম্ মতাঙ্ অসিবু
চীঙ্ঙ্বা মানা মায়পাকপবু
থৌজাল্ লল্ কুবীরগনি।
নশানো ওইবী এনা
অহীং খোমলেল্ ভূমথুন্দা
ঈন্ঙ্ লৈনা থেঙ্
নোংয়ায় ইতু শোয়ব-কাও,

---

অসি কোবা নোংগী=ঙসি নুমিৎকী। চায়না খোঙফেন হানবগী = লাল থেংনবগী। চীঙঙ্বা-নোংদম্বা মপূ লাই। থৌজাল লল ক্বী-রগনি = অফবা পীনবীরগনি। অহীং খোমলেল ভূমথূন্দা=নুমিদাং ত্মদনা; অহীং মীৎ ককলা অমতা উইদনা। ঈন্ঙ লৈনা থেঙ=অহীং থেঙনা। নোংয়ায় ইতু শোয়ব-কাও=অহীং নোংয়ায় য়োম-কাও।

(লাইচাউ চন্) — মীৎয়েঙ্ নাউশুম্ তান্দনা
চফ্ তিল্লাং শো,
ৰাংলেল্ নীংকোয় ওৎনা
শংলো মথেল্ শেম্,
ৰাংলৈ য়ুথোম্ হান্দুনা
পাদম্বস্থ লেপ্‌না পাজুরে।
ৰাংলৈ য়ুথোম্, তরা চয়োম্বা
লমচেল্ পাইতু-মুংদা হাপ্‌চরবনি,
সিস্থ লৌশীন্‌বীরো নৈজরে।
মরোঙ্ চ্ঙ্ফ্ তম্ফবা
চীঙ্‌লায় কাকুপ্ য়েক্লীবা
চ্ঙতোল্ ইংঙেল্‌লৈ নানৌ থেৎপস্ঙ
শমু খূৎতা পায়জম্‌জরক্লে।

চফ্ তিল্লাং শো—চাক থোংদুনা চাক শৌহন। ৰাংলেল নীংকোয় ওৎনা= উযাল খাবৈ ওৎনা। শংলো মথেল শেম=অথোঙবা য়েনশাঙ মথেল শেম। বাংলৈ=য়ু, পূকয়ু। পাদম্বস্থ লেপ্না পাজুরে=মায় পাকদ্রা পাক-লোযদ্রা অফ-ফত্ত খূদম চাংদম খেল-চাং য়েংবস্থ অফবা খূদম শোয়-বা নংলে। ৰাংলৈ য়ুথোম্বা=য়ু হাপ্পা। তারা চয়োম্বা=চাক অয়োম্বা। মরোঙ চ্ঙফ্ তম্ফবা=তাগী লাল থেংনবা মতমদা মীদ্না য়েৎ থংবা খূৎ অদুনা তা পাম্বরগা ওয় থংবা খূৎনা চ্ঙগী পায়ফমদা পায়দ্না মশাবু কন্ননবা হকচাংগী ওয়রোম থংবা ন্যাকন্দা য়ান্দুনা পায়বা শউন্না শাবা ময়ুঙ শাংবা খূৎলায় অমা। চ্ঙতোল ইংঙেললৈ নানৌ থেৎপস্ঙ= চ্ঙগী মতোন্দা থেৎপা লৈত্তেংস্থ।

( লাইচাউ চন্ )— অবাং তাদি চীন্নায়বা
তাখোক্ শরেঙ্ তুয়োম্বা-তা
মাঙ্গ সিল্ পায়জম্বীয়োদো;
লাল্পোং মশীং শুন্না
থংলেল্ নাক্তা থম্জরে।
তিমেন্ তাদোম্দা য়েংবীয়্
খেরে ঈখেঙ্ হৌরেদো;
য়েকনা শাকা ওক্পী
ময়েক্ লারবা খুদম্বী
পূক্নীং মকা লাম্বীয়োদো।

খোইবা— হা—হা—হা (খেক্ল-খেক্লা নোকপা)
চাংদম্ খঙ্বী ঈথোয়রোয়্,
পাদম হৈবী ঈতাল্লোয়্,
মুজা লাইচাউ চন্-ও!
য়াউরা নপাউখোল্ তাবদা

তাখোক শরেঙ তুয়োম্বা-তা=তাগী তাখোক্তা শরেঙ মক্ য়োম্বা তা। মানজা=মাম্মনা পোকপা মচা, ঈপূয়োইবা, ঈশাবী, লোয়্নুম্বা, ঈথঙ-লেল, মরা। খেরে=তা মচীন। চাংদম খঙবী ঈখোয়রোয়=অক-কত্তা খুদম চাংদম য়েংবা হৈবী ঐগী বা তাখোক তাশীন তৌদুনা পূকচেল খোয়জেল অমত্তা ওইনা লোয়নরিবী নুপী। পাদম হৈবী ঈতাল্লোয়= খুদম অকবা কত্তবা মপা তমদুনা য়েংবা হৈবী ঐগী বা তাখোক তাশীন তৌদুনা লোয়নরিবী নুপী।

নশাবী ঐদি খোয়ন্দারে।
য়েংউ ঐগী শাদাল্-ফি,
হুয়েল্ ঐগী লাল্হৌ-ফি,
করি অবাৎপা লৈবগে ?

লাইচাউ চন্— ঐবু লোইবা ঈথংলেল্
ননাইবু লোইবা ঈশাবী-ও !
থোইনবু অবাৎপা উদয়ে।
নোংপোক্ খেবাম্থোং নান্ তৈবা
উমু কোয়রেঙ্ নীংথা-চুঙ্,
ইংডৌন্নে নানৌ থেৎ,
লাইশম্ চুম্বুল্ থৌথাং-চুঙ্,
শমু ওক্তা হুক্পসঙ্ ;
খোল্লাঙ্ লম্বু তুংশোন্নবা
খেরে মাঙ্গ্রিন্ থং ;

য়াউবা নপাউথোল তাবদা=নডগী বাসে তাবদা। নশাবী ঐদি খোয়ন্দারে=নপূরোইবা ঐদি পূক্কীং লৈতাবা পেল্লে। হুযেল=লাল। নোংপোক খেবাম্থোং...নীংথা চুঙ=ঈক্ষাদগী নোংপোকলোম (ব্রহ্মারোম) দগী ফংবা খে কৌবা অহুন্না ঈকোম্ব কোয়না নীংথীনা তৈবা চুঙ। ইংডৌন্নে নানৌ থেৎ=চুঙতোনদা থেৎপা লৈতেং। লাইশম চুম্বুল থৌথাং চুঙ=লাইশম কৌবা অমুবা মচুনা ওইবা শম মখল অহুনা চুঙদা হাপ্পা। খোল্লাঙ লম্বু তুংশোন্নবা খেরে মাঙয়িন থং=তাখোক তানীংনা তুংলোমদা থংলগা তা মচাম্না মাঙলোমদা থংবা।

(লাইচাউ চন্) — থেংথাঙ্ চন্নী থম্
মাক্পুন্নে উন্কোই থোঙ্
কুম্চিং লোল্খোং য়েংনা
উন্নীশেক্ নোইনিং থোই।
শমু কোক্তা থেংপস্রঙ্;
থূদাঙ্ য়াইচাউ শিবস্রং্ বাঙেয়ে।
অলাঙ্বা শাদা কৈরেল্-ফি
অমুবা চীঙ্থোঙ্ লালহৌ-ফি,
চন্নে ফিদুং থাউওন্না
পুন্নুং লাল্পোৎ থেংপস্রঙ্ চ্রৈনেয়ে।
থোক্লাঙ্ মতা চাবু
শমু থূৎতা স্রনা
তিমেন্ তাথুম্ হাংবস্রঙ্
মীৎফম্ থম্নবু পাচুন্নে।
থাঙ্লেল্ নামৈ য়েপ্পা

থেংথাঙ চন্নী থম=নীঙথম শেং। মাকপুন্নে উনকোই থোঙ=ফ্রীৎ লীৎপা। কুমচিং লোলখোং যেংনা=কুম শঙবা অমুবা মচুগী কোয়ন্নেৎ য়েংনা। উন্নীশেক নোইনিংথোই=উন্নোক্তগী ফংবা মতু অথন্নবা অমগী মমিং। চন্নে ফিদুং থাউওন্না=ফিগাঙনা হক্চাংদা থাউওন ওন্দুনা ফ্রীৎ ওইনবা। পুন্নুং=ফ্রীৎ। পুন্নুং লালপোৎ চন্নে থোনবস্রঙ=লালগী লালফি শেংপস্রঙ। থোকলাঙ মতাচাবু=থূৎনা পায়বদা চপ চানা থোকপা তাখোকপু। পাচুন্নে=পকচৈয়ে, চ্রৈনেয়ে। থাঙলেল নামৈ য়েপ্পা=থাঙথাঙনা নীঙদ্র নামৈদা য়ান্দুনা।

(লাইচাউ চন্) — খুবোম্য়াই তান্শি লাক্পস্ঙ্
ওস্থোক্লা চন্নরে ঈশাবী।
নশানৌ ঐন্না খঙ্জনীংবা
খুদম্ অমতং য়াংলিবদি?

খোইবা— কয়িনীনা হা ঈশানৌ
(নোকফেৎ তৌনা) শুজা লাইচাউ চন্-ও;
লৎনদনা য়াউরা চীনগোয়য়্
নশাবী ঐস্ঙ্ নাতাগেদো?

লাইচাউ চন্— থংলেল্ ঈশাবী নাতাবী-ওঁ
চায়না খোঙ্ফেন্-খোঙ্ফম্ য়ায়রম্দায়্
তিমেন্গী নোংথাং শাদুনা
থেন্গোগী খোঙ্নেৎ নাতৈ-ইন্,
শুমায়্ থেল্লোং থক্সিদা।

খুবোম য়াই তানশি লাকপস্ঙ=খুকউগীগী মথা খুরায় খুবোম খুজেং ফাওবা চোক কয়নবা শউয়চিংবনা শায়গা চেংনা ফাদ্না পূনস্নবস্ঙ। লৎনদনা য়াউরা চীনগোয়য়্=চিংনবা লৈতনা হায়দোকউ। থংলেল ঈশাবী নাতাবী-ও=ঈব্ঙভো (ঈপূরোইবা) নাদা তাবী-ও। চায়না খোঙ-ফেন খোঙফম য়ায়রমদায়=য়েক্লবগা লাল থেংনবা (শোক্লবা) চৎলম-দাই। তিমেনগী নোংথাং শাদুনা=তা খোঁশাবীদুনা। থেলগোগী খোঙ-নেৎ নাতৈ ইন=অকক্লবা খোঙফম খোঙথাঙ মচোঙ কায়দনা তা খোঁ-শাদুনা। শুমায়=শুমাঙ মথৌ পুঙ; থেল্লোং; কংলৈ মথৌ পুঙ।

লাইচাউ চন্)— অমুক্তদি হন্না খোশাবীরম্খো।
খোশারোল্ খূদম্শিং অদ্দা
ননাওনা হায়জনীংবস্থ লৈজরি।

খোইবা— হা—হা—হা (খেন্ন-খেন্না নোক্পা)
পায়মা ঐগী খোয়দাবী,
নুংশি ঐগী খোয়জঙ্বী,
য়োয়বুনাই ঈনেম্ মচা-ও!
নঙ্গী নপাউসে নাতাবদা
নশাবী ঐদি হোয়্য়ারে;
খোয়্দানা মীৎথীৎনা রেংলোদ্দি।
তিমেন্গী চকোয়্ শায়গে,
চঙ্লেল্গী ইশা পান্নগে;
তন্বা ঈতীঙ্ খোক্না
ঈথা চীঙ্মায়্ শায়গে।
খোঙ্ফম্ ঐগী অহক্পা
খোদ্ নুঙ্মায়্ তেম্না
তিমে্ ভানোয়্ চোং,

---

য়োয়বুনাই ঈনেম মচা-ও=ঈশানৌ ঈনেমপোক্লা পোকপী মচা নুপী-ও। নশাবী ঐস্থ হোয়য়ারে—নপূরোইবা ঐহাকস্থ হোয় য়ারে। খোয়দানা—পূন্নীং তামা, খোয়জঙনা। চকোয়—জগোয়। য়োয়বুনাই=ঈশানৌ ঈবেম্মা। তিমেনগী ভানোয় চোং=ভানোয় ভানা ঈশিং মথক্তা কংকান্দা চোংবগুম তা খোশানা।

(খোইবা)— থাঙলেল খেয়াং থাং,
য়াইবী কলহৌ শীক্না
মালেম লেপত্রে হায়রগে।
লিয়া—(শাংবা খোল্লাউ লাউদুনা চঙ-
তা পায়রগা শুমাঙ্দা চোংথিবা)
ওঃ —
হো—হো—হো—হো (থয়াউখোল লাউ-
রম্লগা তা খৌশা তম্বা),
কম্দোই হায়্রু ঈশানো,
কঙ্গ্রী থুদম চাংদম্দা ?

লাইচাউ চন্— ঐবু লোইবা ঈথঙলেল,
ননাইবু লোইবা লোয়মুনা-ও !
লাল্পোং চরৈ মঙাল-নাই,
তিমেন মতা চাবু

---

থাঙলেল খেয়াং থাংবা—থাঙ হাইদুনা। য়াইবী কলহৌ শীক—অশাওবা শকফমগা লোয়ননা। মালেম লেপত্রে হাইরগে—মালেমসি থ্রক-থ্রক নীকহল্লগে। থয়াউখোল=তা "খৌশাবদা হো লাউন। লাউবা খোল্লাউ [illegible] ঐবু [illegible] ঐবু [illegible] ; ঐ [illegible] ([illegible] থয়াউ [illegible]) [illegible] ([illegible] [illegible] লোইবা [illegible]-ও = ঐবু [illegible]-ও। [illegible] ফিজেৎ [illegible] তেৎখীবদি মতীক মঙাল লৈনা।

( লাইচাউ চন্ )—শমু থুংঙ্গ সুন্না

চংঙ্লোঙ্ ঙক্তা হুক্,

থাংলেন্ নামৈ য়েপ্,

তন্বা খা চীক্না

কংলৈ মত্তা ফবসিদা।

চীন্থান্ কোইহো নান্,

শমু খোঙ্ফম্ লৈনা-থীন্,

লাবা থীয়াঙ থোক্না।

শারেল্ নোংশা লান্-লাউনা।

গুমায়্ খেল্গো শাবীবদি—

ওক্লেল্ লাবা কচক্ হো,

থিংলো মথি নাইনা-উ,

থিক্ক্রি লান্পাউ খোল্,

হংভা মীকপ্ খোল্,

মুমিৎ লান্চেন্ খোল্,

---

শমু থুংঙ্গ সু-থুংতা পায়। চংঙ্লোঙ ঙক্তা হুক=ঙক্তা চংঙ য়ান। থাংলেন্ নামৈ য়েপ=নীঙ্গদা থাঙশাঙ য়ান। তনবা খা চীক্না=নীংপা থোক্না খা চাকনা। কংলৈ মত্তা কবসিদা=গুমাঙ নীংথীক্কবা অসিদা। শমু খোঙ্ফম লৈনা থীন=খোঙ্ফম অমথীম্-থীন। লাবা থীয়াঙ থোক্না=নীংপা থোক্না। গুমায় খেলগো শাবীবদি=গুমাঙবা অ খোঁশাবীবদি। ওক্লেল লাবা কচক হো, থিংলো মথি নাইনা উ=তোমথিল ওইবা লমওক লাবা তোমচংনা মচিং নাইনা খেক লাউদুনা পূমনীল লিনথকুবা লাবা শাউনা মচিং নাইনা উ।

(লাইচাউ চন্‌)— ক্‌ৱাক্‌ লাল্‌পাউ খোল্‌,
চীঙ্‌নুং ঈরাও খোল্‌,
তাম্‌ন্না হুয়্‌শোন্‌-খোল্‌বু নাচুংদবা;
শায্‌বা পন্‌য়ৈ থা,
লাংখোং ঈতা শি,
পনম্‌ খোম্‌য়ৈ খোল্‌বু শোঙ্‌কীদবা;
শানীকিদি শাদোম্‌ পোক্‌,
লাল্‌দিগী দি মাল্‌দোম্‌ পোক্‌পু
অসি মঙায়্‌না চ্‌নৈয়ে।
থংলেল্‌ ঈশাবী ঈবুঙ্‌ঙো!
খোয়মা মায়্‌ লৈনা
য়্যাম্‌চেং ঈনম্‌ মুক্‌ফরোইয়ে।

---

থিক্রি লালপাউখোল=অপীকপা উচেক (মচা) অমা ওইরবস্থু মহাক্কী লালগুম পূর্মনিন শিল খোংবা মখোল। হুঁঙা মীকপ খোল=অঙাং নিংঙাই চ উবগী মীকপ মীরাওখোল। য়ুমিং লালজেল খোল=লাল কায়দুনা লানজেন্নবা মখোল। ক্‌ৱাক লালপাউখোল=ক্‌ৱাক ময়াম তিন্নহুনা শিল-খোংবা ক্‌ৱাক লাল মখোল। শায়বা পনয়ৈ থা=শায়বা তিংথংন্না য়ৈ থান্নবস্থু কিবা লৈতবা। লাংখোং ঈতা শি=খোংবান লাংখোং ঈশিংদা তাহুনা শিয়োইদবা। পনম খোময়ৈ খোলবু শোঙকীদবা=থান্বা মৈগী মৈশাখোলদস্থু অকী-তুজুংবা লৈতবা। শানিগীদি শাতোমপোক=শা মরক্তগীস্থু মতোমতা ঙায়বা অথোয়বা শা। লালনীগীদি লাল তোমপোকপু=লাল মরক্তগীস্থু তোমথিল ওইরবা নীপা থোকপা অহুপ্তম।
১৫ চ্‌নৈয়ে—পকচৈয়ে। খোয়মা মায় লৈনা; পূক্লীং; নাপী, চম্নোং লাং মতোল্‌।

(লাইচাউ চন্)—ঝায়রা শাফা মীনে,
হুয়েল্ লাল্ফা-মীবু চৎনৈয়ে।
ইন্বা মায় পাক্পবু
লেপ্না তান্ফংলক্ঙৈনে শোয়্রোয়য়ে;
চীঙ্ঙ্না থৌজাল্ কুবীরগনি।

খোইবা— মুংশি ঐগী খোয়দাবী,
পায়মা ঐগী মুংওন্বী
ঈশানৌ ঈনেম্ মচা-ও!
মোংবা শঙ্গায়্ মুংসিদা
হীরী তোংদম্ কোম্না
খোইমোম্ ঈকা শাদুম্
চীঙ্ঙ্ খোঙ্পান্ পায়না

---

ঝায়রা=শা; শাফাবা; তেন। হুয়েল=লাল। তনবা=নীপা। লেপ্না তালফংলকঙৈনে=শোয়দনা ঙম্লক্কনিয়ে; শোয়দনা ফংলক্কনিয়ে। মোংবা =য়ুম; মৈতিংঙ্ ভাউথিংমাগী ময়াম্বুং ঙাংঙোই য়োয়মোংবনা ঈম্ফাল তুরেল তেংখি, অদুনা তুরেলবু য়োয়মোংবগী মমিং অরীবা লোন্দা পাম্নরি। অমদি মৈতৈগী য়ুমজাও লাইখল তাবা য়ুম্বু শাবা হৌদোক্লম্মী হায়দ্না অরীবা লোলদা য়ুমশিংবু য়োয়মোংবগী মমিং লৌদ্না "মোংবা মরাল-য়ায়্" হায়নম্ন কৌই। হীরী তোংদম কোম্না=পূক্নীং ঝাখল চেৎনা থাজনা। খোইমোম ঈকা শাদুম=ঐগী অপোকপা লাইবু। চীঙঙ্ খোঙপান পায়না=নোংদম্বা লাইগী থুয়া থাদা চঙজনা।

( খোইবা )— চেৎনা পুরুম্ খাচঃ্লম্-ও।
থংলেল্ নশাবী ঐস্ঙ্
য়েক্লা মায়থী পী,
ছয়েল্ লাল্ঙম্ ফংনা
তেনা হল্‌বাঘরক্কে চৎলেকো।

( মশাবী খোইবা লাংমৈরেম্বনা মরাল্-য়ায়দগী চৎখিবদা, মশানৌ বাংঙ্ লাইচাউস্ চন্না থংলেল মশাবীবু মুন্না য়েংজদুনা লৈহৌবা )

চেৎনা পুকম খাচংলমও—পূরুীং বাখল চেৎনা খুকমদুনা চঃজরম্মু তেনা হলবাইরক্কে অমুক হল্লক্কে।

# মঙাশুবা মতাঙ্

## ৫ শুবা উৎপা

## চায়না পূঙ্

( নোংয়াম্ব হৈয়েল অথৌবগা, কেগে খোইবা লাংমৈরেম্বা অথৌবগা অথৌবা অনীমক্তি শাপোৎ লালপোৎ শেম-শাদুনা শোয়রেল খমঙাকফমদা মতম অমতদা চপ্ মান্নৱা থুংমিন্নরবা। )

খোইবা— হা—হা—হা ( খেরু-খেরা নোকপা )
পাথৌ নোংয়ায় ঈপাতাও,
অদোল হৈয়েল অথৌবা-ও !
বায়থুংলরেদনা পাংশোয়দবদি পূঙ্ফমদা ?

---

চায়না পূঙ—লাল থেংনফম। নোংয়ায়—খুমন যেক। কেগে—মোইরাং য়েক। শোয়রেল খমঙাকফম=পন নাপতুনা ঙা ফাফম শোয় অচৌবা।

হৈয়েল্— হা—হা—হা ( খেক্ল-খেক্লা নোকপা )
হোয়্দা মোইরাং ঈপাতাও,
কেগে খোইবা লাংমৈয়েন্বা-ও !
ৱায়্থ্ঙ্লরবনি চায়না খোঙ্ফেন্নবগী-দমক্
হায়নখিবা পূঙ্ফম্দা কায়দনা।

খোইবা— অদ্নীকিদি পাখৌ ঈপাতাও !
চায়না খোঙ্ফেন্ হানদ্রিবৈ-মাঙ্
ঙক্থোঙ্ অনী লেংশিন্না
ঈচ্মাঙ্ লেংগোন্নখিসি লাউ।

( অখৌবা অনীমক্কী মথূৎস্ থূৎলায়শিংবু থন্নরমদুনা লেং শিন্ননা শাগোন্নবা মতূঙ্দা )

(খোইবা) — পাখৌ নোংঙ্গায় ঈবীংঙাগী
তারা চয়োম্ তমনরক্পা,
ৱাংলৈ য়ুখোম্ হাল্লক্পবু
তারা চয়োম্ খোক্,

ৱায়থ্ঙলরেদনা পাংশোয়দবদি পূঙফমদা = থুংদি থুংলরেদনা হায়নখিবা পূঙফম খেনফমদু কায়দনবা। অদ্নীগীদি = অদ্ ওইরবদি। চায়না খোঙফেন হানদ্রিবৈ মাঙ = লাল থেংনদ্রিবৈগী মমাঙ। পাখৌ ঈপাতাও = শমান-লেংমান্নবা মরূপ; লমলোই। তারা = চাক। চয়োম তমকপা = চাক য়োম্লকপা। ৱাংলৈ = য়ু। ৱাংলৈ খোমহল্লকপা = পূকয় চফ্ উতোংদা হাপ্লকপা।

ৱাংলৈ য়ুখোম্ হাংদুনা
খূদম্ চাংদম্বু য়েংনরসিদো

হৈযেল— হোযদা পাথৌ ঈপাতাও,
যেংনৰসি খূদম চাংদম্বু
করি অফ-ফত্তা লৈবরা।

( অথৌবা অনীমা মা-মাগী তাৱা চয়োম্ থোক্লরকপা, ৱাংলৈ যুখোম্ হাংনরকপা। )

খোইবা— পাথৌ নোংযায় ঈপাতাও!
তাৱা নঙ্গী চযোম্লক্পা,
ৱাংলৈ খোম্হাল্লক্পা অসিদি
য়ুপাল কোনঙৌ থোংলে।
তাৱা চযোম্ তম্লক্পসূঙ্
লাইথোং হাক্না যৎত্রেযে,
শোযরেল্ লাল্ পাল্লকুনো
শমু নমায্ পাক্লরোইয়ে।
কোরৌ অসি নোংদি

খূদম চাংদম যেংনরসিদো = ফৈ ফত্তে হাযবা খূদম চাংদম যেংথোক্লরসিদো। বাংলৈ খোমহাল্লকপা = যু চফ্ উতোংনচিংবা হাপ্পবা অমদা হাপ্লকপা (পূক-যুগী চফ্নচিংবা মথম মমায হাংদুনা খূদম অফ-ফত্তা যেংবা মতমদা খূদক্তু দা ফ্রুঙ্ লাউনা কামথৎলকপা থোকলবদি মদু খূদম মায পাকপা, থবক্তু মহে য়্যানগনি হাযবগী অফবা খূদম অমনি। অমনা য়ু অদু

( খোইবা )— কেগে ঐগী ঈখূৎতা
য়েকনা মায়্থী ফং,
য়াম্চেং পুন্সিদু কেম্,
খম নৃঙ্ অয়েং চঙ্লনি ;
থবায় নমিরেল্ লোক্লনিয়ে।
কানরয়োই হল্বাইহৌরো পাথৌ
নয়ূম মোংবা নরাল্-য়ায়্দা ;
য়াইফহৌরনি অদ্মদুম্ খোইনা
য়াইবী নথ্বায়দু লাংগোল্বীগে।

মমায় চেংনা খুমংবদু হাংদোক্তুনা হৈদোকপদা ঈচায় চাইদুনা তাবা থোকলবদি ফত্তবা, মায় থীবগী খূদম অমনি। হৈদোকপদা পূন্না হায়-বদি ঈচায় চাইথোক্তনা তাবা থোক্লবদি অফবা মায় পাক্কনি হায়বগী খূদম অমনিস্থু লৌনরম্মী। অসুম্না চাক্কীস্থ চাকমায় য়েংবা মতমদা চাক মমায় তোংলঃবা নত্রগা চেঙ মচংগী চাকনা য়ুংখৎনা লৈরম্লবদি থবক হীরম অদু মায় পাকপগী অফবা খূদম্নী। অদুগা চাকমায় য়েংবসি ফুংগা অপোকপা খুরুম্বগী চাকমায় য়েংদুনা ফৈ ফত্তে কৃৎপা তোঙবগী মায়কৈ য়েংনদুনা লেপনে অমদি খঙনৈ। য়ুপাল কোনঙৌ থোংলে=য়ু নমথিরে, পুমলে, য়ু ফত্তরে। লাইথোং হাকনা ফত্তেয়ে= লাইগী অফবা খূদম পীদেয়ে। শোয়রেল লাল পাঃকুনো=ঙাফাযম শোয় অচৌবা তসিগীদমক্তা নপূক্লীংদা লাল তৈগে খল্লগনো। কোরৌ অসি নোংদি—ঙসি মুমিংতি। কেগে=মোইরাং। য়ামচেং=পুন্সি, লৈকৃপ, লৈপাক, শারম। খমনৃঙ অয়েং চঙলগনি=শিরগনি, নথ্বায় মাঙলগনি। থবায় নমিরেল লোক্লনি=নথ্বায়দু ঐগী খূৎতা লোরনি। হলবাইহৌরো=হলহৌরো ; চংহৌরো। মোংবা-নরালয়ায়দা=নয়ূমদা। য়াইবী নথ্বায়দ্ লাংগোলবীগে—নথ্বায়দ্ কনবীগে।

হৈয়েল্—

পাখৌ মোইরাং ঈপাতাও;
কেগে খোইবা লাংমৈয়েম্বাংও!
অদ্‌বু করি য়াউরানোদা ?
নোংয়ায়্ ঐগী ঈপাশোয়
অদোল্ ঈপূ খোংগী-দমক্তদি
য়াইবী থরায় থারবস্‌ঙ্
ঐনা করিসু নাচুংদেনা;
খোয়মা ঈমায়্ লৈনা
য়াম্‌চেং ঈনম্ মূক্‌ফরোইয়ে।
অমল্ খম্‌লৈ কূম্‌লবস্‌ঙ্
লাইবক্ খেল্লাই নোংদমখোলবু
কচেং থাঙ্‌ওয়্‌ননা ঈরাচা ওইখিগে ;
ঐস্‌ঙ্ থূমন্ লম্‌থোইবা
নোংয়ায় লম্‌কেংপা মচানে।
কোরৌ অসি নোংদি

করি য়াউরানো=করি রানো। খোয়মা ঈমায় লৈনা=মায় লৈদুনা। য়ামচেং ঈনম মূক্রয়োইয়ে=পূন্সিগী মায় লৈরয়োইয়ে। অমল খমলৈ কূম্লবস্‌ঙ=শিবা তারবস্‌ঙ, শিদোক্লবস্‌ঙ থরায় মাঙবা তারবস্‌ঙ। লাইবক খেল্লাই নোংদমখোলবু=ঈরায়বক্তা তম্লকপবু। কচেং থাঙ্‌ওয়ননা=থাঙনা। ঈরাচা ওইখিগে=ইশরুক (ঈরায়বক) ওইজখিগে। ঐস্‌ঙ থূমন লমথোইবা, নোংয়ায় লমকেংপা মচানে=ঐহাকস্‌ঙ থূমন্দা লমহেনবা মীনা লাকচবা য়াদবা মচানে। অসি কোরৌ নোংদি ঙসি মুমিংতি।

( হৈয়েল্ )— অথম্ মী পোক্কে,
অথৌ লাংগোল্গে ঐস্নু ;
কোয়ৌ নোংদম্খোল্বু লৈলিংঙৈনে ;
ঈরাল্ অমুক্ ওন্দেররোই ;
ঈয়ুম্ মোংবা হল্বাইররোই :
য়াইবী পোম্থা-নবস্ঙ্ শোল্কিরোইয়ে।
লাবা থূবাক্ লোংন-য়া,
অদোল্ চৈথেঙ্ পীববু
নীপা থোক্না খাঙ্ডম্গেদো।
পাথৌ-ও ! অমুক্ পল্লম্নুসি ;
তিমেন্ নঙ্গী নত্তাচাবু
থূবাক্ তিলাই মেন্,
খোক্লাঙ্ খাঙ্তপ্ লাক্,
লাবা কপ্লাক্ শেংচোন্না
তিমেন্ তানীং কাঙ্,

অথম মীপোকে, অথৌ লাংগোলগে—নীপা থোকনা ঈরীল ঈথৌনা কদোক্লমগে, শিবা কিরোই। কোয়ৌ নোংদমখোলবু লৈলিংঙৈনে= লাইগী অতম্বা নোংদম্বু য়েংনিংলিয়ে। ঈরাল অমুক হলবাইররোই= য়ুমদা অমুক হনবা তৌররোই। ঈয়ুম মোংবা ওন্দেররোই=য়ুমদা চৎলরোই। য়াইবী পোম্থানবসঙ শোঙকিরোই=থবায় থাদোক্লদুনা চাং য়েংনবসঙ কিবা লৈরোই। থূবাক তিল্লাই মেন=থূবাক্তা তিন্ থাক্লা। খোক্লাঙ খাঙতপ লাকনা—তাথোক্কী মথ্‌্লাংদা পায়না। লাবা কপ্লাক শেংচোননা—নীপা থোকনা খোঙফম ফাক্তুনা শেংগম শানা লেপ্লুনা।

( হৈয়েল্)— খোয়মা লাংদোল্ শম্,
ঐগী থবাক্ মতা-ফবসিদা
থবাক তোংতম্ খায়ঙম্না
মালং চৈরোয়নন্না ফেল্লক্ও।

খোইবা— পাথৌ হৈয়েল্ অথৌবা!
নঙ্ দুম্ নোংয়ায় লল্হাবা
থূমন্ লম্কেৎপা মচানে।
তিমেন্ নঙ্গী নতাচাবু
থূবাক্ তিল্লাই মেন্
খোল্লাঙ্ খাঙ্তপ্ লাক্না
লাবা কপ্লাক্ শেংচৌননা
তিমেন্ তানীং কাঙ্,
খোয়মা লাংদোল্ শম্
মালং চৈরোয়্ননা ফেল্লক্ও
কেগে ঐবু তম্না।

---

তিমেন তানীং কাঙ=তা হুনবদা তাগী মনীং কাংনা (তা হুল্লক্কনা)। থবাক মতা ফবসিদা=ঐথবাক অসিদা। থবাক তোংদম খায়ঙম্না=থবাক তসি (তানা) পানহনবা ঙম্নবা। খোয়মা লাংদোল শম=হৌরিবা লাংশিংগী মতোল লাম্না শম্না। মালং চৈরোয়ননা ফেল্লকও=অকনবা শাকগা লোয়ননা তা হুল্লকও। নঙদুম নোংয়ায় ললহাবা=নহাক্তুম খূমন্দা লম্বা থিংদবা, নপা পাবীনবা লৈতবা। থূমন লমকেৎপা মচানে=থূমন লমহেনবা মচানে। থূবাক তিল্লাই মেন=থূবাক্তা নতীন থাক্কনা।

হৈয়েল্— কেগে খোইবা লাংমৈরেন্বা,
পাথৌ ঈপাতাও। অদূ নীকিদি
খোক্লাঙ্ লমজৈ ওস্থোক্লরসি-দনকো?

খোইবা— হোয়দা নোংয়ায়্ ঈপাতাও,
খোক্লাঙ্ লম্শীং ওস্থোক্লদুনা
চায়্না পূঙ থোল্লসি;
চীংঙ্ নোংদম্খোল্ য়েংনরসি।

(অথৌবা অনীমরা খোক্লাঙ্ লম্শীং ওস্থোক্লবা)

(খোইবা) - পাথৌ নোংয়ায়্ ঈপাতাও,
অদোল্ হৈয়েল অথৌবা-ও!
নঙ্গী খোক্লাঙ নন্ঙ্ চঙ্দি
হায়্য়ো করি খোকনো?
খোক্লাঙ্ তাংমীৎনা কয়ানো?

লাবা কপ্লাক শেংচৈনবা=নীপা থোরা খোঃফম (ফাক্করা) শেংগম শানা লেপ্পুনা। মালং চৈরোয়নবা যেল্লকও=অকনবা শাফুগা লোয়ননা তা হুল্লকও। কেগে=মোইরাং। পাথৌ ঈপাতাও=শমান্নবা অথৌবা মরূপ; লমলোই। হোযদা নোংয়ায় ঈপাতাও=য়ারে থূমনগী শামান্নবা মরূপ। চায়না পূঙ থোল্লসি লাল থেংননবা মফম লেপ্পরসি। চীংঙ্ নোংদমখোল য়েংনরসি=লাইগী অচূম অরাল অতম্বদু য়েংথোক্লরসি। নোংযায=থূমন য়েক। অদোল=থূমন য়েক। নঙগী খোক্লাঙ নন্ঙ্চংদি=নঙগী নগৎসু তাদি। খোক্লাঙ তাংমীৎ কয়ানো=তাখোক মতাঙ মমীৎ কয়া শুবগে।

হৈয়েল— হোয়দা পাথৌ ঈপাতাও,
কেগে খোইবা লাংমৈরেম্বা-ও!
ঐগী খোল্লাঙ্ ঈন্নূঙ্চঃ-'সিদি—
খেন্দে-খোক্ চাইরেল্-খোক্,
চীঙ্দায়্ অরোল্ লাইকোল্-খোক্,
কংলা হুয়নীং মৈচন্-খোক্নে।
পাখং হুয়েল্ লাল্পাম্বনা
হুয়েল্ লাল্দা খোক্নে;
ব্বায়রা শাদান্ খোকনে।
খোক্লাঃ তাংমীৎ মশীংসূঙ্
তরেৎ শুনা পাল্লে।
পাথৌ কেগে ঈপাতাও।
নঙ্গী খোল্লাঃ লম্বূসিদি
করি খোক্নো পাথৌ,
খোল্লাঙ্ তাংমীৎন্না কয়ানিনা?

খোইবা— হোয়দা পাথৌ ঈপাতাও,
নোংম্বায়্ হৈয়েল অথৌবা-ও!

---

কেগে = মোইবাং য়েক। খোল্লাঃ ঈন্নূঙচঃসিদি = ঐগী তা অনিদি। হুয়েল লান্দা খোকনে = লাল তৌবদা (লাল শোক্নবদা) শীজিন্নবা তা-খোকনে। ব্বায়রা শাদান খোকনে = শা তানবদসু শীজিন্নবা তাখোকনে। ঐগী খোল্লাঃ লম্বূসিদি = ঐগী তাখোক লম চংপদা লোয়নজুনা শীজন্ন-রিবসিদি। খোকলাঃ তাংমীৎনা কয়ানিনা = তাখোক্কী মতাঃ মমীৎনা কয়া শুনা পাল্লিবনো।

( খোইবা )— ঐগী খোক্ মরোয়্ তাংচুম্বা
খোক্লাঙ্ ঈন্ঙচ্ৎ্ অসিদি
অবাং নোংনেম্ চাগূম-খোক্,
থাঙ্গা করাং লোয়্চন-খোক,
ভাঙ্বা খেয়ে চন্বা খোক্,
কেগে খোক্লোয়্ ন্ৰাবী মৈচন্খোক্নে।
খোক্লাঙ্ তাংমীৎস্ঙ্ তরেৎনে।

হৈয়েল্— পাথৌ মোইরাং ঈপাতাও!
উন্বী পরৈ চেৎন্যা
খোইয়ুম্ নঙ্গী থাগোল্লো;
চীঙ্ঙ্ মাগী মথৌজাল্,
খোইয়ুম্ মাগী মরল্ কুবু
কশা মিংলেল্ নীংশীংলো।
ঐগী তিমেন্ ইতাচাবু
ফেল্লরুগে হান্না পাথৌ।

ঐগী খোক মরোয় তাংচুম্বা=ঐগী মতাঙ চুম্বা তাখোক। পাথৌ মোইরাং ঈপাতাও=মোইরাংগী শামান্নবা অথৌবা মরুপ। উনবী পরৈ চেৎনা=পূরুকীং চঙ্না। খোয়য়ুম নঙ্গী থাগোললো=নংগী নপা নপূ অপোকপা লাইবু থম্মোয় লাইয়ুমদা চেৎনা পূশিন্দুনা নীংজরো। চীঙ্ঙ্=লাই, নোংদম্বা মপূ। খোইয়ুম মাগী মরল কুবু=লাইগী থৌজাল নোংদম খোলবু। কশা মিংলেল নীংশিংও=লাইগী মিংথৈ-মিংলেল কাউগনো। ফেল্লরুগেকো=হুল্লরুগেকো।

খোইবা— হে হৈ—

চীঙঙ্ নোংদম্ হৈবা-ও;
কেগে পোক্পা সোরালে,
মোইরাং লাংবুম্ অরীবা!
কুবী-ও নদাইরেম্ ঐবু।
কেগে থংচীঙ্ লাইমরু,
মোইরাং কশা নোংথৌ-ও!
ঃিমেন্ তাজীন্ থৈবীও,
চীঙঙ্ নঙ্গী নথৌজাল্,
খোইয়ুম নরল্কুবু ৱাচিন্নগে।
কোরৌ নোং-ও য়েংও,
মালেম্ লৈ-ও খঙ্-ও,
কেগে ঈপল্লম্না চুম্-ও,
নোংয়ায় মপূঙ্য়ায়না খঙশুনো।
কশা মিংলেল্ লীকীননা
লাবা কপ্লাক্ শেংচৌননা

---

কেগে পোকপা সোরারেল=মোইরাং যেক শল্লাইগী ঈপা ঈপূ হৌরকফম শাৎফম অপোকপা লাই অথোয়বা। মোইরাং লাংবুম অরীবা=মোইরাং শল্লাইগী হৌরকফম অপোকপা লাই। থংচীঙ- থাংজিং, মোইরাং শল্লাইবু অপোকপা লাই অমগী মমিং। কুবীও=থৌজালবীও। খোইয়ুম নরনকুবু ৱাচিন্নগে=লাইগী থৌজালখোল নোংদম্বীববু অচূম্বনি লৌজগে, লেংচগে। কশা পূক্লীং লীকীননা—নোংদম্বা লাই মহাকপু পূক্লীংদা চেৎনা থাগোম্নবুনা।

( খোইবা )— থ্বাক্ লোংনা য়া,
চ্ঙলোঙ মাঙ্দা খিন,
নদাইরেম্ ঐনা লেপ্চরিয়ে।

হৈয়েল্— হো—
নোংয়ায় পোকপা সোরারেল্,
খূমন্ লাংনূম্ অরীবা,
খোইয়ুম্ নোংদম-হৈবা নঙবু!
কশা পূরীং লীকীননা
নদাইরেম্ ঐনা পুনেম্জরিয়ে;
চীঙ্ঙ্ নথোজাল্বু কুবীও।
তয়ুম্ নদাইরেম্ ঐনা
লাবা কপ্লাক শেংচোননা
তিমেন ঐগী ইতাচাবু
খূবাক্ তিল্লাই মেন্,

---

লাবা কপ্লাক শেংচোননা=নীপা থোকনা খোঙফম শেংগম শানা লেপ্লুনা। নোংয়ায় পোকপা সোরারেল=খূমন ঈপা ঈপূ পোকপা অপোকপা। খূমন লাংবুম অরীবা=খূমন্ শল্লাইগী হৌরকফম অপোকপা লাই। কশা পুরীং লীকীননা=নোংদম্বা মপূ নংবু থম্মোয় লকাদা চেৎনা থাগোম্লনা। নদাইরেম ঐনা পুনেমজরিয়ে=ননাই ভোল্লবনা খুরুমজরিয়ে। চীঙঙ্=লাই, নোংদম্বা। কুবীও=থৌজালবীও; চানবীও। লাবা কপ্লাক শেংচোননা=নীপা থোকনা খোঙফম ফাকতক্লা লেপ্লুনা। তিমেন ঐগী ইতাচাবু=পায়বদা চপ চায়বা ঐগী তাবু।

( হৈয়েল্)- তিমেন্ খাঙতপ্ লাক্লা
মালং চৈরোয়্নবা ফেন্জরগে।
শোয়ফদ্রবা তিমেন্ ইতাচাবু
লেপ্পা লল্ কুবীও।
( খোইবা লাংমৈরেম্বরোমদা
অমুক্ ৱাহায়বা )
কেগে খোইবা লাংমৈরেম্বা,
পাথৌ মোইবাং ঈপাতাও!
মীৎয়েঙ অমুক তোরান্নরকুনো ;
লেপ্পমাক্ তিমেন্ ঐগী
ৱায়রা ঈন্চেঙ্বু ফেল্লরগে।
( হায়রল্লগা )
হৌ—হা (খোঞ্জেল্ হৌনা লাউরমদুনা তা
হুন্খিবা )
সিয়াঃ সিদি পানশোয়খ্রদনা।

---

খূবাক তিল্লাই মেব=খূবাক্তা তিন থাক্লুনা। খোক্লাও খাঙতপ লাক্লা তাগী মথ্ৱাঙদা খূৎপায় চেংনা পাবদুনা। খমগোন=মুংশিং, মালং। খোয়মা লাংদোল শম=হৌরিবা চবোৎ লাংশিংগা মথক লান্না হুল। ফেল্লরুগে=হুল্লরুগে, লংনরুগে। শোয়ফদ্রবা তিমেন ইতা চাবু=শোয়বা লৈদ্রবা ঐগী তাবু। মীৎয়েঙ অমুক তোরান্নরকুনো=য়েংলিবা মীৎয়েঙ অদু অমুক চোইথোক্লগনো। লেপ্পমক=সোয়দনমক। ৱায়রা ঈন্চেঙ্বু ফেল্লরগে=ঈথূংসু তাবু হুল্লরুগে।

খোইবা— নোংয়ায্ কৈয়েল্ অথোৌবা !
পাথো নঙ্দুম্ য়েংজোদো।
তিমেন্ নঙগী নতাচাবু
থূবাক্ তিল্লাই মেন্,
খোল্লাঙ্ খাঙ্তপ্ লাক্না
খোয়মা লাংদোল্ শম্,
তিমেন্ তাহুল্ তল্লক্পদি
খোইযুম্ থংচীঙ্ ইরল্কুগী
নোংযায্ তিমেন্ নতা-চাবু
শীঙেল্ অবেম্বা না,
কৈরাং অতিংঙা ওইরদুনা
শোয়্রেল্ ফূম্বী থক্তা
ককল্ লূমায়্ লেংনা
ফেন্দোক্লেদো পাথো ঈপাতাও ;
তিমেন্ নঙ্গী তাহুল্ শোয়রবনে।

---

খোল্লাঙ খাঙতপ লাকনা—তাগী তাখোক নখ্রাঙদো খূংপাংচেংনা পায-দূনা। খোযমা লাংদোল শম=হৌবিবা চগোংগী [illegible]গী মখক লান্না হুল। খোইযুম থংচাঙ ইরলকুগী=থাংজিং [illegible]গী নোংদম থোজাল-বীবদগী। শীঙেল অবেম্বা তা, কৈরাং অতিংঙা তাদুনা=হোংনরুবা থূদীংমক অরেম্বা কানদবা তাদুনা। শোযরেল ফূম্বী থক্তা, ককল লূমায় লেংনা ফেন্দোক্লেদো—শোয[illegible]ম (অগৌবা) অনিগী ফূম মথক্তা লেংদুনা শোয়রেদো।

হৈয়েল্— কেগে খোইবা লাংমৈরেম্বা,
পাখৌ মোইরাং ঈপাতাও।
হৌজিক্তি নোংয়ায় ঐনা
তিমেন্ তাহুল্ তম্খিববু
পান্শোয়রবনিনা, পাখৌ ঈপাতাও!
তিমেন্ নঙ্গী নতাচাবু
থূবাক্ তিল্লাই মেন্
খোল্লাঙ্ খাঙ্তপ্ লাকনা
তনবা কপ্লাক্ শেংচৌননা
তিমেন তানীং কাঙ্
মালং চৈরোয়্ননা অমুক ফেল্লক্ও।
অদোল্ নোংয়ায়্ ঐস্ঙ্
থবাক্ লোংনা য়া,
তন্বা নীপা খোকনা
কপ্লাক্ শেংচৌননা লেপ্লবনে।

(বা হায়রবা মতূংদা, খোইনুম অপোকপা কৌড়ুবা চেংবা গাগোম্নরকপা)

---

তিমেন তাহুল তমখিববু=তা হুমখিববু। পানশোয়রবনিনা=পান্দ্রবা শোয়রবনিনা। তিমেন নঙগী নতাচাবু=নঙগী নথূংস্থ তাবু। থূবাক তিল্লাই মেন—থূবাক্তা তিন থাক্কনা। ফেল্লকও=হুল্লকও লংলকও। তনবা=নীপা। কপ্লাক শেংচৌননা লেপ্লবনে=নীপা খোক্লা খোঙফম ফাকতক তেংনা লেপ্লবনে।

(হৈয়েল)— হো—

নোংয়ায়্ পোক্পা সোরারেল্,
থুমন্ লাংবুম্ অম্নীবা,
চীংঙ্ খোইয়ুম্ নঙ্বু
উন্বী পরৈ চেৎ,
কশা পূক্নীং লীকীমনা
চ্ঙলোঙ্ মাঙ্দা খিন্,
লেপ চরিয়ে নদাইরেম্ ঐনা ;
তিমেন্ তাজীন্ থৈবীও।
কোরৌ অসি নোংদি
কোরৌ নোং-ও য়েংও,
মালেম লৈ-ও খঙ্ও ;
নোংয়ায় ঈপন্ লমনা চুম্ও ;
কেগে মপূঙ্য়ায়্না খঙ্শুনো।

---

নোংয়ায় পোকপা সোরারেল=থুমন শম্নাইগী ঈপা ঈপূ অপোকপা অথোয়্বা। থুমন লাংবুম অম্নীবা=থুমন য়েক শল্লাইশিংগী হৌরকফম অহানবা অপোকপা মপূ ঈবুঙঙো। চীঙঙ্ খোইয়ুম নঙবু=নোংদম্বা লাই নহাকপু। তিমেন তাজীন থৈবীয়ো=তাজীন থৈদোক্কুনা পালহনবীগনো। কোরৌ অসি নোংদি=ঙসি য়ুমিৎতি। কোরৌ নোং-ও য়েং-ও=নোংমদোল অতিয়া নহাকস্থু অচূম অরাল উবীয়ু। মালেম=লৈপাক। নোংয়ায় ঈপন লমনা চুমও=থুমন লম কোললিবা লাই নঙনা অচূম অরাল খায়েনবীও।

খোইবা— হে খোইযুম্ লাইয়িংথৌ-ও।
চীঙ্ঙ্ নঙ্বু খোঙহৌবীরক্ও।
তযুম নদাইরেম ঐগী
তিমেন্ তাজীন্সিদা তোংবীদুনা
খোজাল্ নোংদম্ তম্বীরো।

(খোইযুম লাইবু চেংনা থাগোন্নরবা মতূংদা, মপা তানা হৈযেল্ অথৌবদা খঙ্হন্বা)

(খোইবা)— পাথৌ নোংযায্ অথৌবা,
অদোল্ তন্বা মীখন্-খায্,
কাওরেল্ মপা তাম্বা,
মান্বী মতূপ্ হাঙ্বা শন্গুম্বা-ও!
মীৎযেঙ্ অমুক তোবান্নরগুনো।
তিমেন্ ঐগী ইতা-চাবু
খোযমা লাংদোল্ শম্
মালং চেপোযননা কেন্নরগে।

(খোঞ্জেন হেন। ল ঈ1এ।। তা ন। খিবা)

হো— শোযফত্রবনে!

---

পাথৌ=শামান্নবা মক্প, লমলোই। চীঙঙ্ নঙবু খোঙহৌবীরকও - নোংদম্বা লাই নঙবু লেঙবীরক-ও। তযুম নদাইরেম ঐগী=ন্নাই তোন্নবা ঐগী। নদোম তনবা মীখন খায় = অথন্নবা, নতোমতা হোযবা অথৌবা নীপা। কাওরেল মপা তাম্বা=কনবদা লম্বা লৈতবা (গিংদন) শন। মানবী-শন। মান্বী মতূপ হাঙবা শনগুম্বা=ৱাইনবদা লম্বা লৈতবা শনগুম্বা নহাকপু।

হৈয়েল— হাইসঃ

চীঙ্ঙ্ মানা কুবীদেদা !
চ্ঙ্লোঙ্ মাঙ্দা খিন,
কশা পূন্নীং লীকীনবা
তিমেন্ মাবু ঙাইঙ্গেদি
খোইয়ুম্ মনোংথোনা লান্দরা
চীঙ্ঙ্ কশানা খোঙ্হৌরবগী
তিমেন্ অসি পাল্লেদনা।
খোঙবী তানশি মক্তুদা
মালেম্ লৈকাদ্না পাল্লবনিনা
চ্ঙ্লোঙ্ মরুম থ্প্লিঙে
পাথৌ মাবু উহন্দনা
তিমেন্ অসি শৎলগেদো।'

(তা শৎলগা বা হায়না লাক্তুনা তা লংথোরকপা)

---

মীৎয়েঙ অমুক তোরান্নরকুনো=মীৎয়েঙ অমুক চোইথোক্লগনো। খোয়মা লাংদোল শম্=হৌরিবা চরোৎ লাংশিংগী মথক লান্না হুন। মালং চৈরোয়নবা ফেল্লক্লগে=অকনবা শাক্গা লোয়ননা হুল্লক্লগে। চ্ঙলোঙ মাঙদা খিন্না=য়েৎ থংবা খূৎনা তা পায়রগা ওয় থংবা খূৎনা শউন্না শাবা ময়ুঙ অশাংবতু পায়দ্না হকচাং কন্ননবা খূৎলায় অমা মাঙদা য়ুংতুনা। চীঙঙ্ মানা কুবীদেদা=নোংদম্বনা নোংদম থৌজালবীদেদা। কশা পূন্নীং লীকীনবা=নোংদম্বা মপূ লাইবু থম্মোয লাইয়ুমদা চেৎনা খাগোম্নতুনা। খোইয়ুম মনোংথোনা লান্দরা চীঙঙ্ বশানা খোঙহৌরবগী তিমেন অসি পাল্লেদনা=নোংদম্বনা নোংদম থৌজালবীগন্দ্রা খঙ্গববু থৌজাল-নোংদম্বীদবদগী লৈপাক ফাওজন্না তানা পাল্লে।

( হৈয়েল )— কেগে খোইবা লাংমৈয়েম্বা-ও ;
পাখৌ মোইরাং ঈপাতাও।
নঙ্গী তিমেন্ নতা-চাবু
চুঙ্লোঃ মনম্ খাঙ্গা
মালেম নৈখা-তুনা পাল্লবনি,
তাহুল্ নঙ্গী সোয়রবনে-সে।

খোইবা— হীঃ
করি নোংদম্ খোল্নো!
তিমেন্ মাবু পানশোয়্রব-কো!

(মতোমতা ওক্না শোন্দুনা, মালেম লৈমায় থক্তগী তা খুনগৎখিবা, অদুগা হৈয়েল অথৌবরোমদা বা হায়বা)

( খোইবা )— পাখৌ নোংয়ায়্ ঈপাতাও,
অদোল্ হৈয়েল্ অথৌবা-ও।
কোয়ৌ অসি নোংদি
শোয়কম য়াইমুম্নবা 'সিবু
চীঙ্ঙ্ নোংদম্খোল্ য়েং,
য়াম্চেং পূন্সি পোল্পাননা
চায়না পূঙ্ খোল্,
তিমেন্ তা চায়্নবা,

পাখৌ নোংয়ায় ঈপাতাও=থূমনগী অথৌবা মরূপ, লমলোই। কোয়ৌ অসি নোংদি=ঙসি শুমিৎতি। য়ামচেং=পুন্সি। তিমেন তা চায়নবা=তা লংনদুনা য়েক্নবা অনী লাল থেংনবা।

( খোইবা )— চায়না খোঙ্ যেন্ হানবসিদি
শীঙ্ঙেল্ অয়েম্বা তা,
নৈরাং অতিংঙা মওয়্রেদো।
পাথৌ নঙ্সূঙ্ হলম্বাইরো
নরাল্ তম্না ওন্দেখ্রা
ঐস্ঙ্ ঈরাল্ ওন্দোয়খিরগে।

হৈয়েল্— হোয়্দা মোইরাং ঈপাতাও,
কেগে খোইবা লাংমৈয়েম্বা ও!
চীঙ্ঙ্ নোংদম্খোল্সু লেপ্ঙম্দ্রবনিনা
হন্নরসি নরাল্ ঈরাল-য়ায়দা

( অথৌবা অনীমক্তি মা৹মাগী মরাল-য়ায়দা মহে মহে হন্নরকপদা, কেগে খোইবা লাংমৈয়েম্বদি লমলেল কেগে লম্বাইচাউ, মোইরাং ফ্ৰ- বালম্বাবু য়ৌশিল্লক্লবদা, য়াংলৌ তৃশাঙ লাকপগী ম্বামল্লদুনা ম্বাংলেল ঙাইহাক্তং অমা পোথাখিগে হায়দ্না পোথাবা )

খোইবা— ঈয়ুম্ কেগে লৈকোয়-পূঙ্,
মোইরাং শাংবা য়াইদা
খোঙ্কাপ্ নাউরৈ লাম্,

---

শীঙঙেল অয়েম্বা তা, নৈরাং অতিংঙা ময়য়রেদো=করিস্থ কানদবা অয়েম্বা ওইরে। হলম্বাইরো=হললো। নরাল তমনা ওন্দেখ্রা=নয়ুমদা হনুখ্রা। ঐস্ঙ ঈরাল ওন্দেখিরগে=ঐহাকস্থ য়ুমদা হনখিরগে। চীঙঙ্ নোং-দমখোলস্থ লেপঙম্নদ্রবনিনা=লাইগী অঙম্বা নোংদমস্থ খঙবা ঙম্নদ্রবনিনা। নরাল-ঈরাল য়ায়দা=নয়ুম ঈয়ুমদা। ইদোম ইদোম ওন্দেনরসি=ইথন-ইথম্বা হন্নরসি।

( খোইবা )— খুদোল্ ফাংলৈ হুল্,
লেপ্তনা য়াংলৌ খোংশাল্লকপবু
লম্লেল্ কেগে লৰাইচাউ,
মোইরাং ফ্বাল্‌ৰা য়ৌশিল্লক্লে।
কোরৌ অসি নোংসে
কোরৌ মৈনা কন,
ৰাংবন্ মৈশানা খোইবনে,
য়াংলৌ ত্শাঙ্ লাক্পগী
হুমাং শেংগোই কা,
অৰা পোথারক্তবনা হুমনখে।
ঐবু মফম অসিদা,
ৰাংলেল্ ঙাইহাক্তদি অমুক্তা
অৰা হুইচোল্ লাংথিগেদো।

(পামেন উ অমগী উখোঙ্খাদা ৰাংলেল্ ঙাইহাক্ অৰা পোথাহুনা ফমলিৱেদো, মাগী তিমেন মথুংসুবু পাবনা তাগী তাদোললোমদা শীৎ নান্না য়েংলকপা।)

---

ফ্বালৰা=ঈম্ফালদগী হাইথথিবদা মোইরাং য়োরমদাইদা। লৈবা ফ্বাল্লা কৌবা লম অমগী মমিং। য়াংলৌ=লম্বৌ। ৰাংলেল=ঙাইহাক মতম খরদগী, মীৎকপ খরা, পূঙলুপ্। ঈমুম লৈকোয় পূঃ মোইরাং শাংবা য়াইদা=ঈমুম মোইরাং লমদমদা। খোঙকাপ নাউরৈ লাম, খুদোল ফাংলৈ হুল=খোঙ থাংনা খুদোল কাওনা থাংলকপা। কোরৌ মৈনা কন=মুমিংকী মৈশা কন। ৰাংবন মৈশানা খোইবনে=খোইনা মুংশা শাবনো। য়াংলৌ তুশাঙ লাকপগী=লম্বৌ লমশাঙ লাকপগী।

( খোইবা )— খোক্লাঙ্ খেরে পান্চুম্বা-ও !
অসি শোং করিগী
তিমেন্ নঙ্বু পান্শোয়রিবনোকো ?
খেরে চায়না ম্বায়,
খোঙ্ফম্ নম্বায় ম্বায় ;
তাল্লোয় ঐগী ঈরুম্বী
ম্বাঙ্ঙ্ লাইচাউ চন্না
অহীং মিংশেন খাঙ্
মীংয়েঙ্ নাউশুম্ তান্দনা
থংলেল্ মশাবী ঐগীদমক্তা
নোংবায়্ ইতু শোয়ব-ফাও

---

হুমনখে=ম্বামনখে। তম্বা হুইচোল লাংখিগে=তম্বা পোত্থাখিগে। খোক্লাঙ খেরে পান্চুম্বা-ও=শোয়কদ্রবা তা-ও। অসি নোং করিগী=ঙসি নুমিত্তা করিগী। খেরে চায়না ম্বায়=তাগী লাম্মেংনবা চৎলমদাই। খোঙফম নম্বায়-ম্বায়=খোঙশাল্লমদাই মতাঙদা। তাল্লোয় ঐগী ঈরুম্বী=ঐগী নুপী। ঈরুম্বী=ঐগী নুপী; থিরেল মৈরম লীবা পুয়া অমদি পোনবী লাং কোবা ঐনা ফোঙদোকচখিবা লাইরিক্তদি নুপীবু অস্না হায়রি ঃ—"পন্থো মপাদা লৈরম্বা তাইবঙ পানবা মপুগী সনা ঈ অদুবু পত্রেম মমা ওইবীদা পন্থৌ মপানা পীথদুনা লোইদাম খাবম তরা চুপ্পা লুমনৈয়ে হারবগী "থংলেল ঈরুম্বী" কোএ। অহীং মিংশেন খাঙ= অহীং তুমদব-মথে। মীংয়েঙ নাউশুম তান্দনা=মীং কল্লামতা তুমদনা, উইদনা। থংলেল মশাবী ঐগীদমক্তা=মম্বা মপূরোইবা ঐহাক্কী দমক্তা। নোংয়ায় ইতু শোয়ব-ফাও=অহীং নোংয়ায় য়েব-ফাও।

(খোইবা)— চক্ তিল্লাং শৌ,
বাংলেল্ নীংকোই ওৎনা
তারা চয়োম্ তম্খিবা;
বাংলৈ য়ুখোম্ হান্দুনা
পাদম্বস্থু লেপ্পা পাজুখিবনি।
অদ্গা অসি নোং
থংলেল্ মশাবী ঐনা
লালপোৎ চরৈ শেৎ,
তিমেন্ তাখুম্ হাং,
খোক্লাঙ খাঙ্তপ্ লাক্লা
চ্ঙলোঙ্ ঙক্তা হুক,
শুমায্ থেল্গৌ শাখিবস্ঙ্,
খৌশারোল, লাইমীৎ কায়খিদেকো।
অদ্বু খোইয়ুম্ মকাইফমদা

---

চক্ তিল্লাং শৌ=চক্ চাক শৌবা। বাংলেল নীংকোয় ওৎ=উয়াল খাবৈ ওৎ; হায়বদি চাক য়েনশাং থোংনা। তারা চয়োম তমখিবা= লাদা নত্রগা লৈহো-লানচিংবদা চাক য়োমশীনবা। বাংলৈ=য়ু। পাদম্বস্থু লেপ্পা পাজুখিবনি=মায় পাক্তা পাবলোয়দ্রা খূদম চাংদম য়েংবা মতমদস্থু মায় পাকপগী অফবা খূদম ফংখিবনি। লালপোৎ চরৈ শেৎ =লালগী ফি শেত্তুনা। তিমেন=তা। খোক্লাঙ খাঙতপ লাক্লা=তাখোক মখ্াঙদা চেৎনা পায়। খৌশারোল লাইমিৎ কায়খিদেকো=তা খৌশাবা মতমদা অকায়বা খোঙফম পোরম থোকখিদেদো। অসি কোরৌ নোংদি=ঙসি সুমিৎতি।

( খোইবা )— তয়ুম নদাইরেম্ ঐনা

লঙ্জ অয়োল্ থোকথ্রবনো,

ওন্থোক্‌য়ে !

তিমেন ইতাচা নঙ্বু

চীনগোয় নপাউ হংগেকো।

নোংয়ায়্ মানা ঈফম-লাং

মীনম্ থানম্ লম্বরা ?

( তিমেন মতাচা তদুবু শীৎ-নাঙ্কহুনা তাদোকলোমদা য়েংলক-পদা তাগী তাজীন্দা ঈ পরুম্বা )

ঈসং

খেয়ে তাজীন্ অসিদা

ঈয়ায়্ মাবু পরুম্‌লেনা !

নোংয়ায়্ অসিদি মীনম্‌য়ে,

থূমন্ অসিদি ৱাপৈয়ে।

কেগে ঐবু থৌওইদে,

মোইরাং ঐবু তাংশক্কেদনা।

খোইয়ুম=লাই, নোংদম্বা মপূ। লঙ্জ অয়োল থোকথ্রবনো=ঐনা লানখি লাকখিবা লৈথ্রবরা। নোংয়ায় মানা ঈফম লাং=থূমন মচা মানা ঐঙোন্দা। মীনম থানম্লম্বরা=নঙবা ওইদবা তৌরম্বা লৈরবা ? ঈসং=অংকপা মতমদা শোনবা শীত্তিরবা ৱাহৈ। খেয়ে=তাজীন। ঈয়ায়=ঈ ( মোইরাং লোল অরীবা )। ৱাপৈয়ে=ওইদবা ৱাঙাংয়ে। নোংয়ায়=থূমন য়েক।

( খোইবা )— লৈরম্ শুম্ খঙ্গনি অসি,
বায়রা শাহো তম্
হুয়েল্ লাল্হো তম্‌হুনা
খূমন্ মীনম্বা মাবু
য়েক্লা লমন্ শিংলগে,
মাবু কংনবা ঈন্তাল্লগে।

( অপাওবগা লোয়ননা নোংয়ায় হৈয়েন্ অথৌববু তাম্নখিবা )

---

কেগে=মোইরাং। বায়রা শাহো তম, হুয়েল লালহো তমহুনা=শাদানবা লাল তাম্নবগুম য়েক্লবা মাবু কংননবা তানহুনা। ঈতাল্লগে=তাম্নগে।

# তম্নকশুবা মতাঙ

## ৬ শুবা উৎপা

### লোকলৌ হৈয়েলতু ঈখোং

মফম—( লোকলৌ লাইঙ্গ ঈখোংগী চাংজো ঈমায় চোম্নবা লাইঙ্গ ঈরাওখোম্না বা-বা লাউনা তক্তনা চেম্থরি। নোংয়ায় হৈয়েল অথৌবদি কোয়ৌ নোংনা য়েং, মালেম লৈনা চুম্নবনিনা শমু মখোঙদা তিমেন তানা পাল্লিববু, তিমেন তানীংনা শৌরশৌরহুনা শেক্লৌ-শেক্লৌ খোঙ• বীহুনগী ঈ তপ্-তপ্ তানা ঈখোং তপ্না চঙলকপা।)

---

লোকলৌ=ঈশিং ( মোইরাং লোল অরীবা )। কোয়ৌ নোংনা য়েং=নোংমদোল অতিয়া সংসঃ ( তশেং-তশেংনা ) উ। মালেম লৈনা চুম্নবনিনা=মালেম লৈপাক লৈমনা চুমলে হায়বা খঙলবনিনা।

হৈয়েল্— ব্ঃ

খাঙ্ডম্দনা নাবা হেঙ্গিল্লক্নী।
অশাই পা:থৌ মাগী
তিমেন্ মতাচানা সোক্খিবা,
খোঙ্বী তান্শি ঈখেঙ্সে
অরৎপা লৈতনা হাথরে।
তুখোং হুমাং ঈরীক্·খিন্,
নিংশা শদৌ থোংলক্লে।
লোকলৌ লাইজ ঈপোমনা
লাইজ মথি নাই,
ইমু মডাও হো
ব্বা·ব্বা লাউনা চেল্লিবসি
ঐবু মীনোক্ তম্লিরা!
লাইজ ঈপাল্ খোঙ্নেৎনা
ঈখোংসিবু ঈরাল্দবদি য়াবে াইদোরি।
তাখুল্ ঈখেঙ্ মরক্তা
ঈরীক্ মানা ফব্দা
চৈথেঙ্ মহক্ চাউরোইদ্রা?

নিংশা=স্বর। তিমেন=তা। লাইজ মডাও হো=ঈশিং ডাওনা ঈহৌরক। ঈখেঙ=ঈ তপ·তপ তাবা। অরৎপা লৈতনা হাথরে=অরেপ্পা লৈতনা তারে। চৈথেঙ মহক চাউরোইদ্রা=অনা চৈনাখোল হেনগৎলক·লোইদ্রা।

( হৈয়েল্)— ঐবু ঈয়ান্দবদি য়ায়ক্তে,
চীঙ্ঙ্ নোংদম্খোল্ য়েংদারে।

( শমু মখোঙনা ঈশিংদা কৃমথয়ক্পদা লাইজ ঈয়াওখোল য়াউবা ঈপোম ঈহৌ চাউনা ৰাঃ লাউনা হেনগৎলকপা ; লাইজ ঈয়াল্লকপদা তিমেন তাথূল ইন্না লাইজ ঈশিং চঙ্লক্পগী অনা চৈথেঙখোল্ মহক ফংবদা, খাঙ্ঙমদনা নোংয়ায় হৈয়েল অথৌবা ঈশিংগা তাইনবা লৈয়ায় মপান্দা কাথৎ ঙমদনা নম্-ঙাননা তুবা। )

( হৈয়েল )— ঈসঃ
খাঙ্ঙম্ লক্তরে ঐবো ;
লোক্লো লাইজ ঈয়ীনা
তিমেন্ তাথুন্দা চঙ্খ্রমানে।
নোংয়ায় থূমন্ পোক্পা-ও !
ঐগী পায়মা চুমদবা
মীনম্ থানম্ চারুবগী
কোয়ৌ নোংনা য়েং,
মালেম্ লৈনা চুল্লবনিনা

চীঙ্ঙ্ নোংদমখোল য়েংতারে=লাইগী অতম্বা অমা য়েংবা তারে। লাইজ =ঈশিং। তিমেন-তা। লোকলো লাইজ ঈয়িনা=ঈশিং অসিনা ( মোইরাং লোল অয়ীবদা ঈশিংবু লোকলো কৌই। নোংয়ায় থূমন পোকপা-ও=থূমন ঈপা ঈপূ অপোকপা-ও। ঐগী পায়মা চুমদবা=ঐগী ঈপূকচেল ৰাখল চুমদবা। মীনম থানম চারুবগী=নত্ত-ওইদবা তৌরুবগী। কোয়ৌ নোংনা য়েং=নোংমদোল অতিয়ানা লেপ্পা থঙ-উ।

( হৈয়েল )— কোরৌ অসি নোংদি
লেপ্না মহৈ ফংলেদো।
মোইরাং অথোবা মাগী
থাঙ্লেল্ মখ্ৎস্ অদ্না
লূরক্ কাঙ্দৈ থি,
খৌনাউ লেন্থোঙ্ লেল্হল্লোইগী
তিমেন্ মখ্ৎসুনা পাল্লবগা
পান্দে পান্শোয়রে হায়শীন্নবা
ঈরাল্ তম্না ওন্দেরক্পদি
শীঙ্ঙেল্ অরেম্বা তা,
লৈরাং অতিংঙা ওইরেদো ;
ইসঃ।

( থাঙ্ঙমদনা ওন্ন থোইনা লৈরিঙৈদা, কেগে খোইবা লাংমৈরেম্বা অথোবনা থাঙ্ শত্না চোংশিল্লক্পা। )

খোইবা— হায়্ শেল্লোই ঈপাতাও,
নোংম্নায়্ বাপৈ স্বা,

মালেম লৈনা চুমলবনিনা=মালেম লৈপাক লৈমনা অচুম্বনি (চুমলে) হায়বা তা ল্লবনিনা। কোরৌ অসি নোংদি=ঙসি নুমিৎতি। মোইরাং অথোবা মাগী=কেগে খোইবা লাংমৈরেম্বা মাগী। থাঙলেল=থাঙশাঙ। ল্‌রক কাঙদৈ থি=লুশমদা থাঙকক্‌ফম অচুম্বা য়েংনা। খৌনাউ লেলথোঙ লেলহললোইগী=খৌরী চরমদা থাঙনা য়াল্হললোই হায়বগী।

(খোইবা)— খূমন্ মীনম্ থৌবা !
চীনগোয় নংতা নয়াথংনা
য়াথং ৱাশক্ কায়রবসূঙ্
হয়েং খোইয়ুম্ লাইরৈবাক্তা
কোয়ৌ নোংখোঙ্ থিংনা
ৱারক্পবু তৌঙম্দবা শাগুনো ;
নঙ্বু কেগে ঐনা
মরূপ্ অযোল্ লৌখৎপিরবনি।
লাউ পাথৌ নঙ্গী
নসোঙদ্ লাক্না চিংখৎকে
লাইজ ঈপাল লাংদগী
নৈরায়্ মুংবী চাংদোল্থক্সিদা।
(কংক্কান্দা মোংয়ায হৈযেল অথৌবা চিংখৎপা)

---

পানশোয়রে=পান্দরে, শোযরে। ঈয়ান তমনা ওন্দেরকপদি=য়ুম তমনা হল্লকপদি। শীঙঙেন অবেন্বা তা=কয়িস্থু কানদবা অরেম্বা ওই। হায় শেল্লোই ঈপাতাও=হায় মরূপ, শমান লেংমায়বা, লমলোই। নোংয়ায় ৱাপৈ সূবা=খূমন মচা ওইদবা মীনম্বা ৱা ঙাঙবা, ওয় তৈনবা ৱা ঙাঙবা। খূমন মীনম থৌবা=খূমন মচা মীনম্বা ঙাংবদা কিবা হালেঙবা নৈতবা। খোইয়ুম=লাই, নোংদম্বা। য়াথং ৱাশক কায়রবসূঙ=ৱাশকপা শোয়রবাসূঙ। কোয়ৌ নোংথোং থিংনা=লাইরৈবাক্কী অশী থোঙ লম্বী পীদন। কেগে=মোইরাং যেক। মরূপ অযোল লৌখৎপিরবনি হৈ=মরূপ মমা ওইনা লানখিবা লঙজখিবা রুযাবু থাকপীরবনি-হৈ।

হৈয়েল্— পাথৌ মোইরাং ঈপাতাও.
কেগে খোইবা লাংমৈরেম্বা-ও !
বায়রা নশা ওই,
হুয়েল্ নরাল্ ওইরেদো।
খোয়্মা ঈমায়্ ওন্না
য়াম্চেং ঈনম্ মূক্লরোইয়ে।
লঙ্জখ্রেদো নোংয়ায় ঐশা,
লঙ্জমন্গী মহৈনা ঐবু
নঙ্গী খূৎস্ থাঙ্লেল্না
চেপ্না চন্ববু মচন্ ফবীও ।
লূ্রক্ কাঙ্দৈ থি ;
খৌনাউ লেল্খোঙ্ লেল্ববু
ঐবু মরেল্ ফবী-ও ।

---

নশোঙদ্ লাকনা চিংখৎকে=নশমদু পায়না (ঈশিংদগী) চিংখৎকে। অসি =ঙসি। কোরৌ=সুমিৎ। লাইজ ঈপাল লাংদগী=ঈশিংদগী। লৈরাই মুংবী চাংদোল থকসিদা=লৈরায় মথকসিদা। কোরৌ অসি ন্যোংদি=ঙসি সুমিৎতি। বায়রা নশা ওই=নঙনা লান্দা ঐবু ফারবনিনা। হুয়েল নরাল ওইরবনিনা=লান্দা ঐবু (খূদূম চল্লবনিনা) ঙল্লবনিন্না। খোয়মা ঈমায় লৈনা য়ামচেং ঈনম মূকলরোই=মা য়লৈদ্না পুন্সিগী চেল্লরোয়। লঙজখ্রেদো=লাঞ্জথ্ররেদো। নঙগী নখূৎসু থাংলেম্না চেপ্না চনববু মচন ফবী-ও=নহাক্কী নখূৎসু থাঙশাঙ অদুনা মকক্ চুম্না ঙক ককপী-ও। লূরক কাংদৈ থি=লুশমদা থাঙককফম অচূম্বা থি। খৌনাউ লেলখোঙ লেংবুবু মরেল ফবীও=ঙকশমদা থাঙককফম চুমনা (কায়হন্দনা) ককপীও।

(হৈয়েল্)— লোইবী হেন্বা অমুবা
শীঙ্ ঙেল্ লৈপাম্ তুচিন্বা
চেক্লা চাদি হামফোইবনা
শমু লেংলোই তোং,
লৈরাং অতিংঙা ওইববু
থাঙ্য়ি মিতম্ চেন্,
পামেন্ উফৈদা কায়দোঙ্না
শারেল্ হিংশোন্ শায়না
হন্না পাউদোইববু সোঙকীয়ে ;
পামেন্ উফৈ থকতা
শারেল্ শা চা-নরগনে ।
থাঙ্য়ি লৈরোল্ চন্,
য়াম্চেং লৈকুপ্ শীববু
ঐবু মশী ফবী-ও।
তাঙ্জ লুরেল্তোলসে লোয়োদো।

---

লোইবী হেনবা অমুবা=ক্াক। শমু লেংলোই তোং=লেংবান্দা তোং-তুনা। লৈরাং অতিংঙা ওইববু=অশীবা কান্নদবা হকচাং পোল্লাংসিবু। থাঙয়ি মিতম চেন=শদুম (কুাক্রা) চেন। পামেন উফৈদা কমতুনা=উগী উশাদা তোংতুনা। শারেল হিংসোল শায়না=অশীবা হকচাংবু হিংনা (মৈ চঙদনা) চাদুনা। হন্না হন্না পাউদোইববু শোঙকীয়ে=হন্না হন্না খোং লাউববু কিজেয়ে। পামেল উফৈ থক্তা=উথক্তা। শারেল শা চা-নরগনি=হকচাংবু মচেৎ মচেৎ শেত্তুনা চা-নরগনি।

খোইবা— পথাঙ্কোক্ পুথাঙ্কোক্না চংনম্নক্পা
চায়না খোঙ্ফেন্ হা-নবদি
লংক্ কাঙ্দৈ থি,
খৌনাউ লেম্থোং লেম্নয়ক্ইদো।
অদুনা নোংয়ায় ঈপাতাও।
থনুঙ্ কোননা চেংনা
লাইনিং পয়ৈ চেংচয়ো
থাঙ্লেল্ নোংথাঙ্ শায়গে-ঐ।

হৈয়েল্— মদুমক্ তৌবীয়ো পাথৌ ও:
নফম্দা হায়জগদোবা অমদি
ঐগী লুয়েল্ লৌয়ব-তুং
শমু হকচাং পোল্লাংদি
মালেম্ লৈবু তৌ,

থাঙয়ি লৈয়োল চন, য়ামচেং লৈক্প শীববু ঐবু মশী ফবী ও=ঐগী হকচাংসে লৈপাক কোম তৌয়গা লৈয়োল চন্দুনা; লৈপাক কোম তৌদুনা লৈক্প্লা নীংথীনা শীঙন্দুনা কুম্থীয়ম্মু। পথাঙকোক পুথাঙ-কোক্না=ঈপানা ঈপূনা। চায়না খোঙফেন হানবদি=লাল থেংনবদি। খৌনাউ লেলথোং লেম্নয়কই=ঙক কয়য়কই। থনুঙ কোম্না চেংনা=থম্মোয় শুংদা চেংনা। ঐগী লুয়েল লৌয়বা তুং=ঐগী ঈকোক লৌ-বীয়বা মতুঙ।

(হৈয়েল্)— য়াম্চেং লৈক্প্ শীনা
চেংনা লৈকোয়্-লৈয়েল্ চন্বীদুনা
ফুরোই লৈকোয় তৌবীরম্মু।
ঈথৌ য়াংগেল্ তৌবীরক্উ;
অমল্ শীখোম্ পীবীরক্উ।

খোইবা— ফয়ে পূন্নমাসি তৌরগে
লেপ্পা ননীংদ্ থুংহল্লগনি।
হো— (খোপ্পেল্ হৌনা লাউবা)
চীঙ্ঙ্ থংচীঙ্ কোইরেল্-লাই-ও।

(থাঙ্ হাইদুনা নোংয়ায় হৈয়েল অথোবগী তাঙ্জ লুরেল্ লৌবা।)

(খোইবা): য়া— তৎস।
বাপৈ স্বা থূমন্চা!
নঙ্গী তাঙ্জ লুয়েলতোলবু

---

শম্ হকচাং পোল্লাংদি=অশীবা হকচাংসিদি; থবায় য়াওয়বা হকচাং অসিদি। মালেম লৈবু তো—লৈপাক ঐদ্না, কোম জৈদুনা। ফুরোই লৈকোয় তৌবীরম্মু—লোইশিব-থজিনবীরম্; পোৎলোয়বীরম্মু। লুয়েল—কোক। নঙগী তাঙজ লুয়েল তোলবু—মহাকী লকোকপু। থাঙলেল—থাঙশাঙ।

(খোইবা)— থাঙ্লেল্ থাঙ্করুনা লৌরেদো।
হা—হা—হা—হা (খেল্লা খেল্লা নোকপা)
হৌজিক্তি মহাক্লা হায়জবম্বা
থৌরমশিংগী মতৃঙ্ ইম্না
মালেম্ লৈবু থেম্য়া-ননা
পুরোই লৈকোয়্ তৌ,
মথৌ য়াংগেল্ লোম্বীরম্লগে।
(লৈপাক্ তৌবা মখোল্ থোকপা)

---

—লোইরবা—

থাঙ্লেল থাঙকরুনা লৌরেদো=থাঙশাঙনা কক্তুনা নকোক লৌর-রল্লিদো। মালেম লৈবু থেময়াননা—লৈপাক তৌবনচিংরা শেম-শাদুনা। পুরোই লৈকোয় তৌ=লোইশিন-থমজিন্দুনা ; পোৎলোয়বীদুনা। মথৌ য়াংগেল লোম্বীরম্লগে=হোনবী মথৌ মঙম, লালচাক থাদুনা মথৌ হোনবা তৌরীবগে।

* * * "কেগে চায়না পূঙ" কোল্লায় মিংথোল্লম্বদি "মোইরাং কংলৈরোল" কৌবা লম্বীৎকোলগী লাইরিক অদুদা মথা তানা (অইবনা মথক্তা কোঙদোকচরিবা লিলা হায়বদি কৃষ্ণে অসিগী অরোয়বদা) অসংবা পাম্মী—"কেগে খোইবা লাংমৈরেম্বা অথৌবনা নোংঘায় হৈয়েল অথৌবগী শমু হকচাং পোল্লাংবু মালেম লৈদা তৌ, য়ামচেং লৈকৃপ

শীন। ঙুরোই লৈকোয়বীরমদুনা অমল শীখোম্বীরময়ে। তাঙজ লুরেল-তোঙবু শমু খুৎতা পায়না কেগে লৈকোয় পূংদা হুরাও মথোয় তোংনা ময়াল তমনা ওন্দেয়কলে। অদু নোংগীবু মদাইমাদি—"খোইবা লাংমৈরেম্বা লুহনবায়, লোকলো হৈয়েল তু, কোংচি চৈথাপাল.ও তৌনা কোয়ে। নোংয়ায় হৈয়েল অথৌবগা, কেগে খোইবা লাংমৈ-রেম্বা অথৌবগা মপাতাও অনীমানা থাম্লে লৌপূঙ থোম্না, খোকলাঙ তাখোক ওন্ননা শরী মখৈ ফং, নামুং মপাল ফুকনা চায়না খোঙফেন হাননা মরোঙ চুঙফু তম্নরময়ে। অদু নোংগীবু "কেগে চায়না পূঙ" কোয়ে।

---

খোইবা লাংমৈরেম্বা লুহলবায়=খোইবা লাংমৈরেম্বনা নোংয়ায় হৈয়েল অথৌবগী মকোক লৌদুনা (বক্তুনা) লৌখিফম। লোকলো হৈয়েল তু=ঈশিংগা তাইনবা লৈরায় মপান্দা থুমন হৈয়েল অথৌবা তু। কোংচি=কংফালদা চিংখৎপা। চৈথাপাল=হাৎফম। কোংচি চৈথাপাল =কংফান্দা চিংখত্তুনা (হৈয়েল অথৌববু) হাৎফম। লোকলো হৈয়েল তু, কোংচি চৈথাপাল—ঈশিংগা কংফালগা তাইনবদা হৈয়েল অথৌবা তুদুনা লৈরম্বদগী (খোইবা লাংমৈরেম্বনা থেংনদুনা) কংফান্দা মাবু (হৈয়েল অথৌববু) চিংখৎলগা হাৎপা মফম। খোইরাং লোল অরীবদা ঈশিংবু [illegible] কৌই। অদুগা কংফালবুনা কোং কৌই।

